ফোঙজবী — অইবা মশামক

ফোঙবা চহী — [illegible]

নমফম — আর বি প্রিন্টিং হাওস
নাগামপাল
ইম্ফাল

মখুম য়েকপা — অহনজাও

কপি মশীং — ১০০০

মমল — লুপা কুন

ফংফম — ও কে স্টোর
পাউনা বাজার
ইম্ফাল
কে পী রেকোর্ডিং স্টুডিও
ক্বাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই
ইম্ফাল

# ৱাহৌদোক

লৈখাং চারবা মল্লবা শেগায়রবা ঐগী পুন্সী ইতিহাস লামাই মচেৎ মচেৎ, মচোই মচোই, মতং মতং নীংশিংবৈ লৈমায়দা তাহুনা লৈরি। অফংবা খরদং খূনগৎচরে মদো য়াম্না রানা ইথোকচৈ। মিংথোল্লি "তোকঙা চরোং"। চরোংসিদা মথুম হাংজরিবদি তোকঙা মচা মচা খরতনি। মিৎয়েং তাবিরো খ্বাই তারানা। লাম্থোকচরি।

১৯৯৬ ইং প্রেমোদিনী

# শক তাকপা

মিং — খাইদেম প্রমোদিনী, পোকপা চহী ১৮। ১১। ১৯২৮

অপোকপা— লৈখিদ্রবা খাইদেম ৺কমল

অপোকপী— লৈখিদ্রবী থৌদাম নিংঙোল

খাইদেম ওংবী শঙ্গাই

লৈফম— ক্বাকৈথেল, থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ২। ৭। ৫১ ইংদা সরকারগী থবক্তা ওজা অমা ওইনা তম্ফাসনা গার্লস স্কুলদা চঙই। ওজা ওইনা ওইনা বি, এ পরীক্ষা থাই। ১৯৫৪ দা বি, এ, পরীক্ষা ঙম্মী। মথংগী চহীদা ১৯৫৫ দা সরকারনা বি এড ট্রেইনীং দিল্লীদা থাবী। ১৯৫৫-৫৬ তা ঐহাক বি এড পাস তৌই।

তাং ১৮। ১১। ৫৯ ইংদা ওজাগী ফম থাদোক্লুনা ডেভেলপমেণ্ট ডিপার্টমেণ্টতা এসিসটেণ্ট ডেভেলপমেণ্ট কমিশনর ওইনা চংঙি। ১৯৭৫ দা ডাইরেক্তরগী ফম কায়।

তাং ১। ১১। ৮৬ ইংদা ডাইরেক্তর ওইনা থবক্তগী পোৎথাই।

---

# তোকঙ্গা চরোংদা য়াওরিবা

মিংথোল লামায়

## অহানবা তাংকক



## অনীশুবা তাংকক

## অহুমশুবা তাংকক

---

# তোকঙা চরোং

ঐগী পুন্সীদা থেংনরকপা কাউবা য়াত্রবা থৌদোক ভাক্তা খনগৎলগা পাউদমজবনি খ্বাই তরাদা। তোকঙা চরোং অসি খুদোং চানবৈদমক তাংকক অহুম থোকনা খায়দোকচৈ।

অহানবা তাংকক—স্কুলদা ওজা ওইরিঙৈ

অনীশুবা তাংকক—অফিসার ওইরিঙৈ

অহুমশুবা তাংকক—পেন্সন ফংলবা মতুং

## অহানবা তাংকক

### (১)

### থোইথু অমসুং লৈগী য়াথচং

ঐনা ওজ ওইজরকপসি স্কুল অনী শুই। অহানবদা আনন্দসিং একাডেমিদা। অনীশুবনা তম্ফাসনা স্কুলদা।

আনন্দসিং একাডেমিদা ইং ১৯৫০-৫১দা চহী অমা মথায়রোমদা ওজা ওইরম্মী। স্কুল অদুদা থেংনরকপা কাউবা য়াদবা স্বপ্নগী থোদোক অমথক্তনি।

ঐ স্কুল অদুদা মৈতৈলোন তম্বী। ক্লাস সেভেন্দা ডাঃ কমলনা ইরম্বা "লৈ পরেং" তম্মী। পরীক্ষাদা ঐনা লৈপরেংদা য়াওরিবা শৈরেং "খোইমু অমসুং লৈ" হায়বদুগী রা মচং ইয়ু হায়না হংডি।

ছাত্র অমনা করি ইরম্বগে হায়ববু—

রাটর কলরনা পাখং অমগা লৈশাবী অমগা ফজনা মান্ন য়েক্লম্মী। অদুগা লৈশাবী অদুনা পুথ্রী অমগী ফজরবা শরা অমগী মথক্তা লেপ্লগা সনাবুল অমা পায়, নাচোম অমসু মনাদা চিল্লি। শমলাং কোয়করবী লৈশাবীনি। হঙ্গাম মপাল মচুই ফনেক শেংলি অদুগা ইনফিনা লৈ মচুই ফিদুপনি।

পাখং অদুনা ফুরিৎ পুময়াৎ অঙোবা, ফৈজোম অঙৌবা গুনজা থাদবী। ম খুংডা থম্বাল পুম্বুম চক্কু শাবা অমা পায়। পুথ্রী মপান্দা লেপলি।

য়েকলিবা লাই অদুই মখাদা থারি পাখং অদুগী মমিং বিরেন অদুগা লৈশাবী অদুগী মমিংনা কোম্বীস্না।

কোম্বীস্না অমসুং বিরেন অনী নুংশিনবৈ রারীদু লামাই অমগা তংখায়রোম ইদুনা থনম্মী পরীক্ষাগী চেদা। খোইমু অমসুং লৈগী রা মচংনি হায়দুনা। অদুগা সিমথকসু ইরম্মী। বিরেননা খোইমুনি অদুগা কোম্বীস্নানা লৈরাংনি।

( ২ )

## অঙাংশিংগী পাউথুম চে

পীক্লিবী ছাত্রী মুপী মচাশিংগী রারী ঙাক্তনি। ঐনা আনন্দসিং

একাডেমীদৈ তোল্লগা মুপীমচাই স্কুল তম্ফাসনাদা লাক্লবা মতুংদা থোকখিবা ঙাক্তনি।

পীকলিবী মুপীমচাশিংনা পরীক্ষাগী চেদা ইরম্বনি—

মনগী রচনা ইবদনা অম্মুন্না ইরম্বা য়াওই পাউথুম চেদা · মন হায়বসি কান্নরবা জীবনি। অমুক্তা মচা অমা পোকই। মখোঙ মরী পাল্লি। মথী হার কান্নে।

পুখ্রীগী রচনাদনা—ঐখোয়গী পুখ্রী অচৌবা অমা লৈ। ময়ায়দা ভোতি পাইপ উতোং অমা চংলি। ঐখোয় পাবুংনা হুংতোল্লগা ঈশিং থাদোকই। পুখ্রী থল্লগা অমুক মেনশিল্লি · ঙমু মচাসু য়াম লৈ। ঐখোই ইচেগা ঐগা মুতিগী ইরুবা চংলি ইরুনবা খুদৈত্রুন' ঙমু মচা হেক হেক খোল্লি। ফারগা ইমাদা ঙানম নম্মু পীরম্মী।

এরোপ্লেন কনানা পুথোকলম্মী রাহংনি।

পাউথুমদা ইরম্মী—লাই মচিন মনাও অহুম্না পুথোব্লম্মী। কংলা লানবুং হায়বসি করিনো শম্ন' ইয়ু।

পাউথুম—কংলা লানবুং হায়বসি পুংজাও অমনি। পুং অসি হেক য়ৈরকপদা প্রজা পুম্নমক চপ চপ তিংন' লেপম্মী।

ঐনা ক্লাস থ্রি ফোরগী ট্রানস্লেশন তম্বী। অঙাংশিংদা পারা হংঙি। ঐ কৈথেল কাগনি হায়রসি ইংরেজীদা হায়য়ু। মুপীমচা অমনা —আই মার্কেট গো। লাল্লে মথং নঙ হায়য়ু—আই মার্কেট ওয়েন্ট।

ক্লাস থ্রিদা তমলিবী পীকলিবী মুপীমচাঙাক্তনি। মুংঙাইগ্রবা রারী মচা ১সু লৈরি। চহীগী পরীক্ষা লোইবা মুমিংনি। এগ্নোইদরি

থোকই। মুংথিলগী পরীক্ষানি। ঐনা পুং তাপ্পে নখোয়না লোল্লিবা রুমালদো লোইরবস্তু লোইদ্রবস্তু ঙম্না পুরক্লো লাকও চৎলসি। মী লোইনা চৎমঞ্ঝবনে। অদুগনে চে মচেৎ অমদা মমিংশিংদো য়োল নম্বরগা কোম্নন। ইরগা ফজনা চেৎনা নখোয়গী রুমালশিংদুদনে ফাজিল্লু। নত্রবদি নম্বর ফংজরোইকো হায়না ঐনা লাউই ময়ামতু তানবা।

ইকোন কোনবদা পীকথ্রবী মুপীমচা অমা চঙকই। হুমাং শৌয়ি হায়দুনা মফিম্সু ইন্দে ফুরিৎস্তু লিৎতে। য়াওবদি য়াওরি ফুরিৎ ১মুং ইনফি। তাশিল্লগা শেগ্রাক্তা য়েপলি। মখুৎ নাম্মনা মমিং ইবা চে অদু পায় মখুৎ নাম্মনা রুমাল মানা লোনজবদু পায়রকই। অনীমক্তু টেবল মথক্তা থনম্লগা ওজানা থোকপা তৌবিহৌরো হায়। ঐনা হায় ফাদদি ফাজিলম্মুদনা। মাঙগ্রদি কমদৌনি? খঙদে খঙদে ঐ চাক য়াম লাম্মপোৎনি ঐ চৎলে। মাঙগ্রগা ওজা কিরন মালাদা পীগ্রদাইনে হায় গিৎ নমীরগা লোইরে। চৎলে হায় লাউ লাউ চৎখি।

( ৩ )

## মী মরম ওকই ওক্কে

ওজা অমই ময়ুমদা লোংমা চৎলুই থবক অমগী। ওজাদু চংথোকখি থুনা হল্লকনি হায়। ঙাইরি মমাঙ শঙ্গোইদা লৈরম্বা ফাগদুদা ফম। মুপী মচা অমা মাঙ্গোলদা মমাঙদা লাইরিক অমা থমদুনা পারি লাইরিক্তু মমিংৎতি লাইরিক্তা য়েংদে। মমিংতু অরাক অরাকপা মীদা য়েংঙি অদুগা ঔরাইরি মচিন্দি লেপ্পা লৈতে

—মী মরম ওকই ওক্রে। ইনশাং করি। ওসি তুমদে। হয়েং তুমুরো।

মমানা মপা কৌথোকলুরগা মুপীমচা লাইব্রিক ঔরাইরিবা অতুগী মনাক্তা চওলক্লগা হংলে মুপীমচা নওবু কৈদৌরগে? ওসাই অমুক্তগী নংনিত্থ লেপ্পা লৈতা ব্রেং ব্রেং শোল্লিত্থ কৈনো? লাইব্রিক ঔরাইযু হায়রগা ওকই ওক্রে হায়না চৈরিত্থনা কনাদনো? ইনশাং করি থোংবগে হায় হংলিত্থনা করিনো? ওসি তুমদে হয়েং তুম্মুরো হায়রিত্থনা কনাবুনো?

মুপীমচাত্থনা পারিব' লাইব্রিকু ব্লার্ড বুকনি।

মমাগী রাহং তাবদা মুপীমচাত্থ ইওক ওক্রে। মমাদা অত্থুম মুম্না য়েংত্থনা লৈরে। মমাত্থনা অওাংত্থগী মপাদা ওনশিন্দুনা - মায় পাজি ঐথোয় মুপীমচাসে কাইদামা তৌরে লাই ওক্করক্লমাল্লে। মাইবা অমা কৌত্থনা অমুক্তা য়েংথোকহন্দবা য়াত্রে। খয়োম লাকথোকহনবরা, চবান থাদোকহনবরা অমা তৌদবা য়াররোই।

## ( ৪ )

## থম্বাল শাংহৌরো সাহিত্যানি সাহিত্য

থায়নগী রানি। হৌজিক কোম্লং মমাংদা ওপন এয়ার ঠিয়েটর লৈবে মফম অত্থদা তম্ফাসনা স্কুল লৈরিবৈগী রানি। ঐথোয়গী স্কুল অত্থদা ঐথোয়বু তগীরকপা ওজা তোমচৌ কৌবা অমা য়াউই। মহাক য়াম চাও শাংভি। মীওই মীতৌ ফে। কুচুদি খরা মুই। অত্থদা ছাত্রী ময়াম্না ওজা শামু হায়রগা খংনৈ। ওজানা ৬ত্তবা ক্লাসকী মৈতৈলোনগী সাহিত্য তগী।

নোংমা ওজানা থাগী পরীক্ষাগী চে য়েংবা লোইরবদুনা ক্লাসতা পাউথুম চে অদো য়েনথোকই। ক্লাস সিঙ্গকী কাদনি। য়েনবা লোইরবদুনা ময়াম ফম্নরি, নম্বর কয়াম ফংবা য়েংন্রি। শ্যামানা মাগী ফমফমদৈ হৌগৎলুনা ওজা তোমচৌগী মনাক্তা চঙলুনা ওজাই টেবল মনাক্তা লেপলগা হায়রুই—"করিনো ওজা হৌনব্রা? অসুক ফজনা ইরিবা অসিবো করিগী শুন্য পীরিনো ওজাসু তাউনে ফজদ্রাও হায়রগা মাগী পাউথুমচেদা মানা ইশিল্লিবদু ঈশৈ ওইনা শকলকই—

লৈরাং শাৎহৌরো থম্বাল লৈহৌরো
থম্বাল শাৎহৌরো লৈরাং লৈহৌরো
চীংজাও খোইমু লৈপাম্বা
চীংলোন মাপল লাল্লকপদি
নগুংলাংগীনি থম্বাল শাৎহৌরো

ঈশৈ শকপা লোইরগ শ্যামানা হায়—ওজা সাহিত্য হায়ববু অসিনী। সিদৈ হেন্না ফজবা সাহিত্যবু কদাইদৈ লৌরদগে? নম্বর পীদবা য়ারোই ওজা। ওজা তোমচৌনা শ্যামাসনা হায়হৈদে তৌহৈদেকো হায়না ফনা য়াম হায়জে অদুবু শ্যামানা ঙমখি নমদুনা নম্বর তরা পীহনখি।

ওজা তোমচৌগা শ্যামাগা হায়নরিঙৈ, ইন্নরিঙৈ তানজা অদুদা ক্লাস অদুমকী ছাত্রী সত্যবতি কৌবী নুপীমচা অমা বেঞ্চ মথক্তা লেপল্লদুনা শৈরেং থীরকই। নুপীমচাদু মরৈ লোমককসু তৌই। ওজা তোমচৌ নুপী অনী লোল্লি। নুপী অহনগী মিং কুঞ্জবতি কৌই হায়নৈ। সত্যবতিনা থীরিব শৈরেংদি করিনো?

তো-তো তোমচৌ ঐনা ঙাওখৎলকপা কান্দা
কুন কুন কুপ্লবতি নঙগী মায়থোঙ য়েং
পোৎথরম্বদাই রুদায়দা লৈপ্রে কুঞ্জবতি
থোরকলো অমুক্তদি হল্লকখো ।।

সত্যবতিনা মখোল হৌনা— শ্যামা নঙনা শকখিবা ঈশৈ ঐনা থীগ্রিবা শৈরেং সিদৈ হেন্না ফজবা সাহিত্যবু লৈরিব্রাও ?

( ৫ )

## লৈশাবী ছাত্রী মশেন ফুনবা

তম্ফাসনা স্কুলগী ওজা ওইরি মতমদো । ক্লাস আইটকী কাদা থোকখি থৌদোক্তো । ছত্রী অনী মপুং মরৈ ফারবী ঙাকনি । মখোয় অনী সুম চীনগা চীনগা খৎনরম্বদৈ খুৎ থোক্লরকই । মশম ফোয়নৈ, মখজাইদা খুপাক্পা পানৈ ইন্নৈ, কিন্না থিন্নৈ খুজিন্না খোৎনৈ । মমৈথংদা মশা খর ফবা কনবা অহুনা খর শোনবা অহুবু লৈপাক্তা ইনথুরগা দেস্ক মথাদা চিংশিল্লগা মথক্তা ফম লৈথোকপ্রে । ছাত্রী ময়াম অহুনা শিবা তারে শিবা তারে হায়হুনা লাউনরকই ।

তানজা অহুদা ওজা মুপা অমা মাগী ক্লাস থোক্লনা চঙঙকই । তৌরমলিবা দৃশ্য অহু উবদৈ থোকপ্রে । মখোল হৌনা মানা ওজা মুপী মশা ফবা অমতা লাকপীয়ো খর থুনা, মী শিনবা তারে । রাহু তাবদা ওজা মুপী মখৈ হোৎচন্নরকই —কৈদৌরে কৈদৌরে । কৈদৌনবা য়াওরে হায়না ।

ফিজিকেল ইডুকেশন পুরিবা ওজা মুপীহু মশাস্নু কৈ । মানা হোৎচিন্দুনা দেস্ক মথাদা লৈরিবা অনীহু লাক লাক চিংথোরক্লনা

খামদোক্লে। মখোয় অনীহুই মমায় মমায়হু খুজিন মকম ওাক্তা ভায়রে, ঈ থোকপস্থ য়াউই। শম খুদাপ অনী অহুমস্থ তাহুনা লৈ। মহোয় অনী ফোয়নবা ওইবা তাই। খামদোক্লহুনা তোঙান তোঙান ফম্নরস্থ ছত্রী অনীহু মমিৎতি খানা খানা অহুম য়েংনরি, শীংনরি। ছুটি থারগা খঙঙোইদ্রদো হায়না। ছাত্রী অনীহু অমনা রাংখৈদেনি অমা খ্বাইদৈনি। মখোয় অনীসি ছুটি থারগা মখা তাথরকখিগদবা মাল্লি হায়না ওজাশিংনা খন্নরে। স্কুল ছুটি থাদ্রিবৈদ: থিনদোকখিবনা ফরে হায়হুনা ওজা মুপী অমমমগা লোয়নহুনা থিল্লুই। রাংখৈ-রোমগীনা শনজেনথোংফাও অহুগা খ্বাইগীনা কৈশামপাংথোংফাও।

ওজা ময়াম থৌদোক অহুই মরমদা ওজাশিংগী কমন রুমদা রারী শানৈ। ওজা অহল অমনা ‘বিষ্ণু বিষ্ণু ঙসিগী থৌদোক অহুদি। মুপী মচা স্কুল অসিদি ওজা মুপী য়াওদ্রদি য়ারোইবো।” হায়রকই।

## ( ৬ )

## মায়দা ম্যেপ য়েকপা

ঐনা তম্ফাসনা গার্ল'স স্কুলদা ওজা ওইরিবৈগী রানি। ঐ ক্লাস আইটকী ভুগোল তম্বী। ছাত্রীশিংদা ম্যেপ য়েক্লকউ হায় হোম টাস্ক পীখি। হোম টাস্কহু পুরক্লো য়েক্লক্তবা মখৈনা লেপথংলু হায়রমী। য়েংবদা শরুক অহুম থোকপৈ মন্নুংদা শরুক অনীতমক ম্যেপ অহু য়েক্লকখি। য়েক্লক্তবশিংহু মথং মথং করিগী য়েক্লক্তবনো হংঙি। হংবা লোইরবা মতুংদা য়েক্লক্তব অমবুদি নঙ কম্মো কম্বা য়ারনি হায়হুনা কমহল্লি। অতৈদি পেরেড় অহু লোইদ্রিফাও

লেপকদবনি হায়। লেপ্পীবশিং অহুই মরক্তগী অমনা—ওজা মাদি মেপ য়েকস্নু য়েক্লক্তে অহুগা করিগী ফমহল্লিবনো ? হায়না হংলকই

খুম্মী, ঐনা মাবু ফমহল্লিবে মরমদি মহাক মেপ য়েক্লক্রস্নু অমদি য়েকলকই। পিগুম য়েকলকই, মমায় পাউদর থারকই, চিনবান ঙাঙবী থারকই, খুজিন শংলকই। অহুগা কেশোরীকা তৌহুনা চন্দোন চরাস্নু ফজনা থিল্লকই। ময়ামসি য়েকলিঙৈ মেপ য়েকপা নংলমদবা য়াই হায়হুনা ফমহনবনি।

( ৭ )

## ওজা লালাগী হংহং

ওজা লালা লাইশ্রমনি। ময়ুম্না খ্বাই লালম্বুং মখোঙগী সড়ক অচৌবহুগী মখা থংবা মায়কৈদা লৈবনি। ঐখোয়বু তম্বীরকপা ওজানি। ফাগি যোগাইস্নু তৌগনবা মীতানি। মানা ওজাশিংগী কমন রুমদা ফম্লগা ফাগি হৌরকই। হংলকই "ক্লাস সিক্সকী লেটর রাইটিং কনানা তম্বীবগে ?"

য়াম্না তপ্পা রা কয়া ঙাঙগন্দবা ওজা অমা য়াওই। মানা তপ্পা খুম্মকই "ওজাবু ঐনা তম্বীজে।"

"ইবুংঙোদি অঙাংশিংদা স্যার, ডিয়ার স্যার কা হায় তম্বীদহুনা পাম্মুবা হায়না ইবা তম্বীবোরে।"

ওজাহু ইকায়বদৈ মমায় ঙাংশং ঙাঙলে। রা ঙাঙথোকপা ঙমদ্রে। মহু উরহুনা ওজা লালানা মখা তাথরকই "ইবুংঙো ইকাইরুম্নু। ঐ রারী মখা লৌথরকে। ঙসিদো থার্দ পেরিয়দতা

ক্লাস সিক্সতা ঐগী ক্লাস থোকএ। অদুদা চঙওুয়ে ক্লাসতা করম তৌরম্বগে হায়ববু মখোয় ছাত্রীশিংদু খংনহুনা লৈরম্মে। খংনবৈ মরমদি সুপীমচা অমগী লুপা ৫ চংগী অমা মাঙখ্রে। দুরানবী অমা ক্লাস অদুদা য়াওরে। মাই লাইরিক মরক্তা শোয়দনা য়েপতুনা থম্লমগনি হায়নরে। চিংনরিবা অদু কোক্লবা ঐনা ছাত্রী পুম্নমক্তু মপান্দা লোইনা থোকহল্লে। অদুগা ঐনা লাইরিকশিংদু অমমমতা ওইনা ফাক্তুনা য়েংঙি নোট অদু য়াওব্রা হায়দুনা। সুপীমচা অমগী লাইরিক্তা য়াওরম্মী চে অমা ফজনা থুপচিন ফাজিন্দুনা। মদুদা নোট অদু য়াওরম্বা য়াই হায়দুনা ফাক্তোকলুবদা। 'পাম্মুবা' হায়না ইরম্বদু থেংনরুরে। মদু থেংনবদৈ হং হং হায়দুনা অমুক থুপচিল্লগা হাপচিল্লম্মী। "ইদুংঙো মসিনী ইকায়রুমু।" ওজা লালানা হায়খি।

( ৮ )

## মমাঙতৈদা ইনরম্বা নুংশি চিঠিগী থুংই

তম্ফাসনা স্কুলগী সুপীমচা ছাত্রীশিংগী মমিংদা চিঠি য়াম্না লাকই। হেড মাস্টরনা ওজা অমমম পাল্লি মাইনা চিঠিশিংদু ফাক্তোক্তুনা য়েংহল্লি। ইমুং মনুংগী অহল লমম্না ইরকপা শুইরম্নগদি মশা মশাদা পীখি। নুংশি নুংওমগী ওইরম্নগনা শেগায়দুনা হুন-দোকখি মশাদা য়োইহনবিদে। ঐগী পাজি তাবা হুমিংতা নোংমদি চিঠি অমা থেংনরুই। পাখং অমনা লৈশাবী অমদা ইরকপা চিঠিনি।

পাখং অহ্ মপূকচেল লেপ্লে হোংঙরোইদবনি হায়না লৈশাবী অহ্দা খঙহল্লকপনি। অশুম্না ইরকই মরৌলহ্—

নুংশিথোইরবী ইবেন্মা!

লাইবক থীরবা নবুংনা অরোইবা ওইনা ঐগী পুক্নীংগী রা খরা ফোঙদোকচরি। নবুংগী নুংশিবা অসে লেপ্পবনি থাজবিয়ুকো। লোক্তাক্তা হৌবা কবোকংনা নোংমাইজীংগী চীংদোন্দা হৌররবসু, নোংমাইচীং চীংগী চীংথক্তা হৌবা উরীনা লাঙ্গোল চীংদা হৌবা পামেলদা য়েংলরবসু, নুমিৎনা নোংচুপলোমদৈ থোরক্লবসু শানৌ তম্না চেম্থরকইবা ঐগী নুংশি ঈচেলদি কদৌনুংদা হোং-লরোই। ঈরোং অনী ফাংলরোই লেপথ্রবা পাখং পূকচেলনি। ঐগী পূক্নীংগী রাসে ফোঙদোক্লমত্রদি পুন্সীগী ওইমা লমন তোল্লগনি খনজহ্না পলেম ইমা অপোকপীগী তরেং শেঙ্গাওন্নুংদৈ তরেং শেনজা লৌজরগা প্রেম পত্রসি ইননবা চিঠি চে লৈজবনি অহ্গা ইজবনি। নোঙ্গৌবিনা লাইজা ঈশিং ঙাইবগুম পাউখুম ঙাইজরি।

লাইবক থীরবা ... ...

লেফাফা মথক্তা উচেক মচা অমা পাইবৈ মওংদা উচেক অহ্গী মচিন্দা চিক্লুনা পুরি চিঠি অমা। লেফাফাহ্ ছাপা নমথোক্লুনা য়োনবা মাল্লি।

পাইরিবা উচেক অহ্গী মথাদা অশুম্নশু ইরি—

জাও পাখি মোর প্রাণ নিয়ে জাও

# অনৌশুবা তাংকক

অনৌশুবা তাংকক অমুক হৌবা তারেকো মসিদা থোকখ্রিবা থৌদোকশিং অসিদি ঐনা অফিসার ওইরবা মতমদনি। ঐহাক মথং মথং লীথরকঅগে।

( ১ )

## অঙ্গদেশতা বরোধান

থৌবাল ব্লোকনি। বি, দি, সি, মিটিং তৌদৌরি। বি দি সি হায়বদি ব্লোক ডেভেলপমেণ্ট কমিটি হায়বনি। কমিটি অসি প্রধান ভাক্তনা শাবনি। মিটিং অসিদা চহী অমগী মনুংদা চাউখৎ থৌরম-গীদমক ব্লোক অহুই মনুংদা পাংথোকদবা থৌরম পরেং অমা য়াংথোকই। ব্লোকী পীরকপা শেন্নুং অতুগী মতুং ইন্না য়াংথোক-কদবনি। মহুগীদমক কমগদৌরিবা মিটিংনি।

মতম অহুদা ডেভেলপমেণ্ট কমিশনর ভি, ভি, মোঙ্গিয়ানা ওইরী। মোঙ্গিয়া সাহেবকা লোয়ননা ঐ মিটিং অহু য়াওবা চৎলি। মিটিং হৌরে। থল্লরে নৈনরে য়েংনরে। মেম্বর অমনা লেপখৎলগা হায়রকই—"ঐ করবসু কত্রবসু অঙ্গদেশতা কারকপা বরোধান অমনি। থুলগী প্রজাশিংনা য়াদ্রগবু ঐবু অঙ্গদেশতা কারকদ্রা? থুনজানা য়াহুনা ঐ অঙ্গদেশতা কারকপনি। প্রজাগী মীহুৎনি ঐ। ঐগী থুলদা সরকারগী হেন্দ থরা পীবিফম থোকই। অঙ্গদেশপু থর ব্যবহার তৌবিয়ুনা কৈনে।" হায়রগা ফমথখি।

মঙ্গিয়া সাহেবনা হৌজিক হায়খ্রিবদো করি হায়রিনো হায়না হংলকই। ঐস্মু বি দি সি মিটিং অমত্তদা তাখিদবা য়াহয় ঙাক্তা ওইবনিনা খঙদে। ঐগা থংননা ফগ্না ব্লোকী মীদা হংঙি। অনকটেস্টেতা কারকপা প্রধাননি হায়রকই। অদুদৈ ঐ ভাব তারকই। মঙ্গিয়া সাহেবতস্মু মরোলদু তমখি।

( ২ )

## মৈহৌরোল অমস্মুং টেরিফিক

নিউ কাছার রোড হাংবদা ভাইরিদৈ কুইদ্রিদৈগী য়ানি। ঐখোয় জিরিবামদা টুর চৎকদৌরিনি। চৎলি মুঙবা য়ৌরে। লম্বী অনী লৈরম্মী। করম্বনা নিউ রোডনো হায়বদু খঙবা ঙমদ্রে। হংলে মীয়ায় চল্লবা মুপা অমদা। মুপা অদুনা হংবিরিসি মৈহৌরোল লম্বীবুরা? মৈহৌরোল লম্বীদি মখাদা হায়থখ্রিসিনী। অহানবদা মৈহৌরোল হায়বা য়াহয়সি তাবদা ঐখোয় খরা ঙক্লা থোকখি। মমৈদঃ খঙলকখি নিউরোদ হায়বনি হায়বদো।

নিউরোড অহানবা হাংবা মুমিৎতা ঙক্লবা য়াহৈ অমস্মু তাবা ফংখি রেডিওদে। ভাষন পীবা হৈবনি মন্ত্রী ফজনা ঙাংঙি। মহাক্না হায়গি নিউ কাছার রোড হাংবা অসিনা জিরিবামগী মীওদা নত্তুনা শিলচর, কাছারগী মীশিংদা লম্বীগী খুদোং চাবা য়াম্না পীরগনি। অদুগা মরু ওইনা মনিপুরগী টেরিফিকী লমদা য়াম্না চাওখৎলনি। হন্দক্তা থোকখিবা কোটলিয়েন থৌদোক টেরিফিক চাওখৎপৈ খুদমনি। চুম্না হায়রমখ্রেদকো মন্ত্রী।

## ( ৩ )

## অতেন অশাংবা কিলোগ্রাম

রোক্তা লৈবা গ্রাম সেবিকা, মুখ্যা সেবিকা ময়ামগী টুর ডাইরী থা ৩ গী কৌখংলি। ময়াম অহু ঐবু চ্যেক তৌহল্লি। মহু কৌখংতুনা য়েংবৈ মরমদি কনাগুম্বনা করিগুম্দা চংলুদনা চংলুই হায়জিনবা, কা হেন্না ডাইরিদা চশিন্দুনা শেরান্ননা শেল লৌথোকপা য়াওব্রা হায়রহু য়েংথোক্লবা তৌবনি।

সেবিকা অমগী ডাইরীদা থেংনৈ ইরম্মী ডিস্টেন্স কোভার্ হায়বা কলম অহুদা কিলোগ্রাম ৪২ হায়না। সেবিকা অহু আই, এ পাস তৌরবী, সরকারগী থবক চহী ১০ রোম হেন্না তৌরব্রবীনি।

## ( ৪ )

## চাকলেন্দা অথুম্বনা আচমন

মতম খরৈ মমাঙদনি। হটেল আশোকা হাংবা নুমিংতনি। শঙ্গাচাক ওইনা গভর্নর, চিফ মিনিস্টর, মন্ত্রী, অচৌ অচৌবা ফম পায়বা অফিসার, মশক নাইবা কারবাররালাসু য়াউই চাকলেন অহুদা। জর্নেলিস্ট অহল ওইরবা অমথক্লা কোয়েং য়েংহুনা লৈরি। চাগদৌরিবা চাক মচানা বফে টাইপনি। ময়াম প্লেট কাটা, চামস, নেপকিন লৌখংনপ্রে, টেবল মনাক্তা চঙনপ্রে।

য়েংবমথৈ য়েংলম্লগা অহল অহুসু হৌগংপ্রে চঙপ্রে। টেবলদা থেল্লিবা ময়ামহু মুন্না মুন্না য়েংলগা অথুম্বা মচু ফজবহুদা হাউদৌবোই নীংবরা করিনো খঙদে মনাক্তা চঙশিনপ্রে। অহুগা খাবৈ অচৌবহু

অনীরক হল্লা কোৎলে। মানা পায়রিবা প্লেট অদু থনকোক তৌনা লৌরগা অহানবদা চাখি। অহল অদো মমিং মথাদি পনজররোই। নৈখিদ্রবগুমস্ু তৌই।

( ৫ )

## রোয়্যাল এরিয়াগী ড্রামা পার্টি

খুরায়দা লৈবা সঙ্গীত কলা সঙ্গম ড্রামা হোলদা থোকখিবা রারীনি। চহী খরগী মমাঙদা ড্রামা হোল অসিদা অতেনবা লীলা চাংদমনখি। মতুদা ঐ জজ ওইবা য়াউই। লীলা হৌদ্রি। কালাকার ময়াম ফিজেৎ লৈতেংলি। জজ অমসু য়ৌরক্রি। অনীমদি য়ৌরক্লে ঐগা থানা। হোলগী অফিস মন্নুং অদুদা হোলগী সেক্রেটারী, জজ অমদুগা ঐগা। ঐখোয় অহুম রারী শাতুনা ফম্লি।

ঙপা অমা কা অদুদা চঙঙকই। মথুৎ লোন্নরগা নসন্তেগী মওংদা, হায়রে "ওজাশিংবু ননাই ঐহাক কৈগুম্বা অমতা হঙ্গৎচগে হায়ববু"

"করিনো হায়য়ুদনা তাসি?"

"ননাই ঐখোয়গী সোসি য়েথোকপীগনু। ঙসি শোয়দনা লীলাসি অনীগুবা সোদা উৎহনবিয়ু। ঐখোয় রোয়্যাল এরিয়াদে লাকমথৈ নুংশিবিয়ুবা কৈদোগে? চৎথোক চৎশিন্দা মী খোম্নবদা খুদোং কয়া চাদতুনা তৌবনে ওজাশিংনা থর চানবিয়ুনে ঐখোয়বো।"

"নখোয়গী মীবু ঙম্না শুনা লাকঅবরাও?"

"শুনা লাকচরবনি। ঙম্না য়ৌরক্তুনা লৈরে। অথাপ্পা থুজংদা

লৈজবা ঐখোয়দি য়াম্না রাইদা। অহীং অথেংবদা হনবা তারবদি লন্নাই বস রিজাব তৌবা তাবনি। ইশানা পামজরবৈ অদুক তৌরিবা হায়দুনি। অদুনা রোয়্যাল এরিয়াদৈ লাকপা ড্রামা কাওবুদদি খর সুবিধা পিবিদ্রবদি।"

"ঙাইখো ঐখোয় মেম্বর মশীং শুদ্রি। শুরগা ফাস্ট সো হৌদ্রিঙৈদা খন্নরগা নখোয়দা পাউ অমা পীগে। নহোয় পাউ ফংদ্রিফাও হনখিন্নুকো। নহোয়গী ঙরাং থোকই অদুগা ঙসি লাক্লে। প্রোগ্রাম ইকায় কায়রবনিনে। অদুবু খন্নগে।"

"ঐখোয়গীদি ঙসি থেঙলম্লু থেঙনা উৎহনবিরগা লোইরে।"

( ৬ )

## সরকারনা মরু লৌদোই থমলিবা

হৌঞ্জ মতমগী রারীনি কুইরবা। নোংমা ঐনা ঐগী মরূপ লুনা তিন্নগ্রবা অমখক্কা লোয়নদনা চৎলি। পুলিস লাইন ফাওদোক্লগা য়াইস্কুলদৈ লাকপদনি। নিত্যাইবাদ চুথেক য়োরে খ্বাইরমবন্দ পাংনা চৎলিবনি।

নিত্যাইবাদ চুথেক মপাদনি ঐখোয় অনী চৎলিদুদৈ হেনগৎনা থৌখি মখোয়গী একাগাড়ীদু। মুপামচা ঙাক্তনি। খোঙগ্রাও মকক শেৎলি। একাআড়ীগী খুনেৎতু লাম্বা ফংবোই ফংদবোই মনীং হূৎ হূৎ লয়রদুনা খুনেৎ অদু কোৎল কোৎলগা নেৎতুনা থৌরি মহোয়গী একাগাড়ীদু। মখোয় অনীগী মরকতে অমনা অমদুদা হংঙি—

"নঙ তুংদা চৎহৌরিবা মুপী অনীসি মশক খঙব্রা।"

অমহুনা থুম্বলকই "খঙদেবে।"

'নঙ মহোয় অনীসি খঙদবোইয়ে। মখোয় অনীসিনিদা মণিপুর সরকারনা তলব চাউনা চাউনা পীজহুনা ময় লৌনি হায়া থমলি হায়দো"

( ৭ )

## তলব কয়া চায় ইবেম্মা ডাইভোরা ?

নোংমা ইমা অমম্বুং ইচেহন অনীবু ঐগী কারদা তোংহনহুনা গোবিন্দ খুরুম্পা চৎলি। ঐনা গাড়ীহু থোই। মথোঙ য়ৌফাৎত্রিডে খরা রাৎলিডেদ গাড়ী খামফম লৈ। গাড়ী খামফম অহুদা গাড়ী খাম্লগা থম্মী। ঐনা গাড়ী শঙহৌই। ইমাগা ইচেহনগনা লাই খুরুম্বা চঙখি। মুপী ৩'৪ মু ইমাহোইগা লোয়ননা চঙখি লাই খুরুম্বা। মহোয় ঐবু মুন্না হন্না হন্না য়েংহুনা চঙখি।

ডাইহাক লৈরগা পুংখায়মুক ওইগন্রা অহুন্না লৈরগ মুপী ২/৪ অহু থোরক্লে লাই খুরুম্বা লোইরমাল্লে। ইমাগা ইচেহনগদি থোরক্লি। ইমাদি মখোঙ নাবনিনা লাই কোয়বদসু তপ্পা চৎলমগনি। অহুনা খরা চোনথবা ওইরম্বা য়াই।

থোরক্লিবা মুপীশিং অহুই মরক্তগী খর অহন ওইরবী অমা চঙশিল্লকই ঐগী ইনাক্তা। কার মনাক্তা লেপ্লগ হংলে—"ইবেম্মা নঙ শাউনুরকো ইমানা নঙোন্দা হংগদৌরিবা রাফমসে। ইমানা খঙনীংহুনা তৌবনি। নঙ ডাইভোরা ওইবা কয়া কুইরে ? তলব কয়া চায় ? নবুং নৌপুরা কয়া শুই ? ইমানা হংলিবসি নঙবু মুংশিহুনা খঙনীংহুনা তৌবনিকো। রারৌম্ন।"

নোংমা অমনা য়ুমদা হল্লকপদনি। কার থোদুনা হল্লকপনি। ঐখোই লৈরক হাইজিনফম মপাদা ঐ গাড়ী খাম্মী। ইনশাং য়োনবী অমখক্কা হঙ্গাম মপুন ফজথ্রবা খর য়োন্নবা পুবদু উঃদৈ খর লৈহৌগে খন গাড়ী খাম্বনি। হঙ্গাম য়োনবীদু খাম্মী কৌশিল্লি গাড়ী মনাক্তা। অদুগা মাই মপোৎ থাবি। হঙ্গাম মপুন ৪/৫ মাই মপোৎতুদৈ লৌথোক্লগা মমঙ্গ তীক্লরি।

শড়ক লমজাওদা মুপী অনীথক রারী শার শারদুনা চংখি। অনীদুই মরক্তা কুচু মুবী মমায় চামলপ তৌবী অমা য়াউই। মখিং কাউথ্রে। লৈফম্না ঘরীদৈনি মতুমদি ঐ কাউদ্রি লৈমিন্নরম্বনিনা। মানা মহাক্কা চৎমিন্নরিবা মুপী অমদুদা হায়বা তাখি 'হৌডিক হঙ্গাম তিক্লহৌবা মুপীদো ঐগা ঙাংবী মহারানীগীদা লৈমিন্নরম্বনে। মীনাই ওইরম্বনে মীনাই। লুখাক চগুম শেংদুনা। হৌজিক্তি কার লোইরে কার থোরে হায়দুনা মী উথিদ্রে কৌ লাকখিদ্রে। লুথ্রাবী মচানে ওম্বোক্ল নংনা হৌরকথ্রবা কৈনোনে ঐখোয় উহৌরিপোৎনিনে। হেরা ইন্দোন শঙ্গাই চেঙদাইবিদো নঙ খঙদ্রাও? মাই মচানে। ইন্দোন শঙ্গাইদো হৌজিকফাও কৈথেল ফম্লি কাকৈথেলদা হৈঙাল য়োনফম ফম্লিবনে। নঙ থেংনদ্রাও? ঐন৷ হায়দি মা কার লোইরে মুংঙাইরেদনা। মমা হণ্ডবীদো পোফম ফমহন্দবা য়ারে হায়বা কৈহায়গে। মুংঙাইহনবা য়ারবনি অদুবু কৈথেল থোক্লুনা পোফম ফমহল্লি। ওম্বোক্লা চোপচথ্রপোৎনিদা। ঐদি শুকমুং হেক মুংশিদে। মশকমক্লা থীবনে।"

## ( ৮ )

## চীরিক চারাকস কুং

খুঙ্গংদা লৈকাই অমখক্কী য়ুম অমদা ঐনা অফিসার ওইরিবে টুর চংপদা থেংনরকপনি। খুল, লৈকাই অমদি য়ুমতুগী মমিং মথাদি সিদা পনজরয়োই।

য়ুমতুগী অরাং শঙ্গোইদা ময়াম ইকোয় কোয়না ফক থাতুনা ফমলম্মী। ফম্লিবতু নহা, অহল মীয়ায় চল্লবা, পাখং জাৎ শুই। নীংথম থানি। ক্ষি ইন্দে অয়াম্বনা। ফুরিৎ শাইগকপা, মোজা ফুরিৎ শেগায়বা লীংপস্থু য়াউই। লিৎ ভবস্থু য়াউই। খুদৈ ঙাক শেৎলি। থুকউ পুন্দুনা ফ২স্থু য়াউই। মহোয় মুংশা য়াইতুনা ফম্বনি। পাখং মচা অমনা য়েল্লি খুজাই মচা, তেঙ্গোৎ, গ্লাস কোনগীস্থু য়াউই, লীকলিগীস্থু য়াউই, এলুমিনমগী য়াউই, মগ অংঙোবা জাৎ শুই। মঙ্গুং অতুদা করি য়াওরিবগে হায়তুদি খঙদে। পাত্রশিংতু অমমম পায়খৎনরে। খ্বাইদৈ অহল ওইবা অতুনা মহাপ্রসাদ য়োৎলসে হায়রকই। অতুদৈ থংন থংনবা অনী অনীনা মহোয় মহোয়না পায়রিবা পাত্রশিং অতু থেংনৈ অতুগা হায়নৈ "চীরিক চারাকস্" হায়রগা মমিৎ মনা উইশিন্দুনা পাত্রশিং অতুদা য়াওরিবা পোৎ অতু কুং কুৎ য়োৎশিন্নখি।

য়োংগ্রবা মতুংদা বীড়ী য়াওবনা বীড়ী চমতুনা থকই। কংক্রা চিংবনা কংক্রা চীংঙি। চুরুট থকপস্থু য়াউই। অতুদৈ মহোয় মখোল হৌনা হৌনা রারী শাবা হৌনরকই। য়েন ল্মোইবৈ, ঙা

য়োকপৈ, ইংখোল কোইবৈ, উকু হাপ্পগী, লম্বী থোং শেমবৈ, চাওখৎ থৌরমগী রা কয়া ভাঙনৈ। অমনা ভাওবা অমনা তাদে। মখোয় মশেল পংলাউত্রা লাউনৈ।

মুপীমচা লৈশাবী পুংকক চাউরবী অমনা ঐখোয়না থরুবনি হায়দুনা চা পুথোরকই। মানা হায় অা শঙ্গোইদা ফম্লিবা কাঙবু অসি ভসিগী লোইরোইদবনি।

( ৯ )

## ওঃ সরি ম্বারৌবিবা য়াদেকো

চহী কয়াগী মমাঙগী রানি। নোংমা মুমিদাংরাইরম হুরা চারুবা হল্লকপদনি। খ্বাইরস্বন্দ ময়ায়মক্তদনি। মথাদোকানগী লম্বী চৎথ্রিবা অদুই লম্বী মপাদা অরাংথংবা মায়কৈদা ঐখোয়না বি,এ, পার্ক হায়না খঙনবা অদুদনি। হৌজিক্তি মদু কৌনখিদ্রমাল্লে। ঐগা ঐগী মরূপ অমগা ঐখোয় অনী চৎমিন্নবনি।

পাখং মচা অমনা মচিন্দা চুরুট অমা চুপ্লগা ঐখোয় অনী তম্না চঙশিল্লরুগা হায়রৈ "ম্বারৌবিবদি য়াদে। মৈখেৎ য়াওবিরিব্রা? য়াওরদি চুরুট্সি অমুক্তা চমজহৌগেবা।"

রাদু তাবদা ঐনা ঐগী ব্যাগ অদু হাংদোক্লুনা য়েংলগা হায় "ইবুংঙো ভসিদি য়াওরক্রমাল্লেনহে। ঐগী ব্যাগতা য়াওরমদ্রেনে।" "ওঃ সরি" হায়রগা পাখং মচাদু হন্দোকখি।

"হৌজিক কালগী নহারোলশিংসি মী ওন্থোক্ল উশিংখিদ্রেদা" হায়না ঐগী মরূপনা শোনথাংননা হায়হৌই।

( ১০ )

## পি, এ না চৈরকপা

নোংমা ঐনা সেক্রেটারিয়েট্টা লৈবা কমিশনর অমদা টেলিফোন তৌই। খুম্মকই মাগী পি এ না। ঐনা কমিশনর অমুক্তা পায়হনবিয়ু হায়। খুমলকইখা পি এ তু মুপীনি। ঐনা পি এ মুপীতুনা কনানি হায়জৌগে হায়ন মানা হংলকই। ঐনা ইচে প্রমোদিনীনি হায়বিয়ু হেক্তা খঙগনি। ঐগী হাহয় তাবদৈ পি এ তু খোন কনখ লকই "করি মুপাবু প্রমোদিনী কৌবা লৈব্রা? করি চাগে হায় ঙাওশিন্নরিনো?" ঐনা "ইবেম্মা ঐ মুপা নত্তে। খাইনা ওজা প্রমোদিনী হায়না খঙনবদো ঐনিনে।"

"ওজাকা হায়জিন্নরগা য়ানি খনব্রাও। কা হেল্লকমুকো ঐঙোন্দদিনে খঙব্রা লংনরক্কমুকো।" হায়রগা টেলিফোন ক্রোক লাউনা থমখি। লাইবক থীবা হায়গদ্রা মুমিৎতু কমিশনরগা টেলিফোন্দা রা ঙাঙনবা অত্থুম ফংখিদ্রে।

( ১১ )

## মন্ত্রীদৈ টেলিফোন

টেলিফোন ক্রিং ক্রিং খিংলকই। হেক তাবগা ঐ ফমফমদৈ হৌগৎতুনা টেলিফোন্দু পায়। হংলকই ঐখোয়গী ইমুংদা লৈতবা মী অমগী মমিং। ঐনা খুম্মী হেমন্ত কৌবা মী ঐখোয়গী ইমুংদা লৈতে। অমুকন্সু হায়রকই হেমন্তবু অমুক্তা পায়হল্লকউ মাগা রাখী শাগে। ইবেম্মা ঐখোয়গী ইমুংদত্ত নত্তনা ঐখোয়গী অকোয়বা অসিদা মীং

অত্থু কৌবা মীওই অমত্তা লৈতে হায়রগা টেলিফোন অত্থু থম্মী। ঙহাক লৈরগা অমুক খিংলকই। ঙসাইগী মুপীমচাহ্থু ওইরম্মী হান্নগীদুগা রাহয় রাত্তা চপ মান্ননা হায়রকই। ঐনা হায়, ইবেম্মা নম্বর ওন্নবা ওইরমনি। নঙনে অচুম্বা নম্বরদা অমুক তৌ। ফজনা হায়খি। ঙহাক লৈরগা অমুক তৌরকই। ঙহাক লৈতনা মরম চাদনা পংখিংত্তা খিংলকপত্থুদা শাউনীংবা অমস্থু য়াওরে। মরীরক ওবনি মানা খিংলকপদো।

অত্থুম মরীক টেলিফোন তৌনরবত্থুদদি খোন খঙনরে। ঐনা হ্যালো হায়বদা মুপীমচাহ্থুনা শাউনা "কৈদৌনা পায়বিরকলিনো? নঙোন্দা নত্তেনে ঐনা তৌরিসে খঙঙব্রা?"

"নঙদি কৈদৌনা তৌরকইনো? ঐঙোন্দা হনজিন হনজিন"

"ঐদি ঐখোয়গী মীদা তৌজরগা। হন্দকমুক্তি পায়বিরকম্থু"

"হন্দকমুক্তি তৌবিরকম্থু"

"খঙবিয়ো তৌরকইসে মন্ত্রীদৈনে।"

"নঙগী মন্ত্রীদো লরাইদগী ওইরমাল্লেনে। নঙনা ঙাঙলকপসে লরাই মচা তাইনে। হন্দমুক খিংলক্রদি নখল্লাওদো মেৎথাইগে খঙগনি। নম্বরম্থু খঙদা টেলিফোন তৌবম্থু হৈত্তা"

"ঙকচরেদকো হোরেল মন্ত্রী লাক্লগা তাকে।"

"তাকচৌনা কেসে। নঙগী মন্ত্রী উশিংপিবা মীরাও ঐবো। কাচা" হায়রগা টেলিফোন্দু থমজিল্লে।

অদৈদি মুপীমচাহ্থু অত্থুম তৌরকখিদ্রে।

( ১২ )

## কাঞ্চিপুরমদা লাই থুরমহল্লকবা

তামিল নাডুদনি কাঞ্চিপুরমনা লৈরিসি। কাঞ্চিপুরমদা অফাওবা সাধু অমা লৈ। সাধু অদুগীদা ময়াম লাইখুরম্বা চৎনৈ।

ঐনা অফিসার ওইরিঙৈ খা ভারততা টুর অমা চৎখি। মতম অদুদা মদ্রাজদা মিঃ রামনাথ ডোরেনা ইউনিসেফকী মীহুৎ ওইনা থবক তৌরি। ঐ মাগীদা থুংঙি। হটেলদা, স'কুইট হাউসতা লৈরক্তে ঐ। নোংমা ছুটি থোকপদা কাঞ্চিপুরমদা লৈবা সাধুগীদা লাই খুরম্মুসি হায়না হৌই। ডোরে সাহেবসু ঐসু মিসেস ডোরেনা হৌদোরকপতু য়ারে। য়ারতুনা লাকলিবা নোংমাইজীং মুমিৎ অসিদা চৎলসি হায়না ঙাঙনতুনা চৎলে।

কাঞ্চিপুরম য়ৌরে। লাইদা কৎননবা য়োম্লিবা হৈ রা, লফোই লতং, অথুম অহাও মুবি-চিংবা শুনা য়াওবা কোনা মনানা শাবা থুমোক মচাত্থু ঐখোয় অহুমগী অমমম লৈরে। ঐখোয় অহুম থুমোক মচাত্থু অমমম পায়তুনা চঙঙি লাইখুরম্বা। ঐবুদি চঙহন্দ্রে। ডোরে সাহেবনা করিগীনো হংবদা লুপ্রাবীদি মন্দির চঙবা য়াদে। অমুক মখা তানা হংবদা মাদি ফিঙৌ ঙাক্তা শেৎলি। ফিজেৎসিনা মহাক লুপ্রাবীনি হায়বা তাকলি অতুননি হায়তুনা ঐবু অতুম চঙহন্দ্রে।

ঐনা শেৎলি চারিবা ফিজোলদি করি করিনো? পুঙৌ ফনেক ইসু তাবা উরৈরোম হাইফেৎ শংবা অমা শেৎ, ফুরিৎনা মুগা অঙৌবৈ অমা লিৎলি, ইনফিনা মোরেগী ফি অঙৌবদা অঙৌবনা

লৈরোং থোকপা অতুনি। শেংবা শেংবা অশেংবা মাম্না চৎচবনি। অতুবু লুপ্রাবীনি হায়তুনা মন্দির কাহল্লক্তে মন্দির কাহনদ্রবদি লাপনা করিগী থুরুম্ভুদগে হায়তুনা থুরুম্মক্তুনা হল্লকই।

অতুগা লুপ্রাবীনা পুরকপা হৈ রাদি লৌশিনহৌই অওকপনি মীনা চৎনবী আইন শেমলিবা চাবসু মীনা চাবা। য়াবসু মীনা য়াহন্দবসু মীনা। অওকপনিকো হে মীওইবৈ তাইবংপান।

## ( ১৩ )

## রিপ্রেজেণ্টেশন

মন্ত্রীগী কানি। এম এল এ অমনা রাজ্য মন্ত্রীগী ফম ফংতুনা হরাওবা নুংঙাইবা ফোঙদোকপৈ চা থকমিন্নবনি। রাজ্য মন্ত্রী অতুনা পায়গদৌরিবা পোর্টফোলিও অতুগা মরী লৈনবা বিভাগকী অফিসার মকোক লোইনা লাকই য়াওরে। নুংঙাইবা ফোঙদোক্লে। মীরোল লোনবা অফিসার কয়াসু য়াওরি। মন্ত্রীনা চাতু কৌবনি অফিসার ময়ামগসু শকথঙ মায়খঙনবা ওইনা। অফিসারশিংতু অমমম ওইনা হৌগংতুনা শক, ফম তাক্লে মন্ত্রীগা খুৎ শোক্ল শোক্লতুনা।

মন্ত্রীনা খুৎ শোক্লবতু লোইরগা সোফাতুদা নুংঙাইনা ফম্নগা ময়ামদা হরকই "ঐঙোন্দা হন্দক সি, এম, না রাজ্য মন্ত্রী অমা ওইন্নু হায়তুনা ফম লাম্থোকপিরকপসি ওম্থোক্ল পেনখ্রে ঐ। ঐসু নুংঙাইবা ফোঙদোকচবা ওইনা সি, এম দা রিপ্রেজেণ্টেশন অমতা তৌজনীংবনি। করি পোং ওইনা তৌসিগে হায়না খনজরিবনি।"

## ( ১৪ )
## মন্ত্রীগী ভাষণ অরাংবা

নৌনা মন্ত্রী ওইবা এম এল্স এনি। ভাষণ পীবদা মরীক য়াম চুপ্নী। তাবদা মুংঙাই। শান্ন খোৎনবগী কলচরগী থৌ পুবা মন্ত্রীনি। মন্ত্রীনা হায় কলচরনা মণিপুর অসিবু শক তাকলিবনি পৃথিবীদা। পৃথিবীদা মণিপুরবু শক খঙহন্লিবনি। হৌজিক শান্নখ্রিবা ফুটবোল প্লেয়রু য়াম মুংঙাই অদুবু ঐনা পেনজদবা অমদি মী শান্নরোই ২২ না বোল অমতমক মুন্না মুন্না শান্নবদু য়েংবদা ঐ পেনজদে। ঐনা মন্ত্রী ওইরিঙৈ অসিদা বোল ২২ পীদুনা শান্নবা তৌজগনি।

অদুগা অমনা জগোয় ঈশৈ ফজনা তৌবা কাঙবুসু পৃথিবীগী রাংমদা থানবা হোৎনজগনি। হীরম অনীসিবু পাঙথোক্লবদি ঐ য়াম নুংঙাইজগনি। ঐনা মন্ত্রী ওইরিঙৈসিদা থবক অনি অসিতদি পাঙথোক্লমগে খল্লি।

কলাকার অমনা হৌগৎলকুনা "স্যার ঐতদি পৃথিবীগী রাংমাদা থাবা য়াওবিগন্নু। ঐ স্পেসতা লৈবা ঙমজরোই।

## ( ১৫ )
## ডিনারদা সনারৈ অথোনবা চিন্নকপা

নোংমা ডিনার অমা মণিপুর রাইফলগী ওডিটোরিয়ামদা তৌই। গভর্ণর অমা ট্রান্সফার তৌবৈ শীনব চাকলেন্নি। শক-নাইরবা অমগী লৈমা শকনাইরবী অমা লাকই য়াম্না কেনা। লাকলিবা

মুপী অয়াম্বা কেনৈ। লৈজ লৈজবা ফিরোল ফজবা মখৈ শেৎনা চানত্থনা লাকনৈ। মরু ওইনা হন্দক্ত্য নৌমা লৈরুবা ইনফি, নৌমা শারুবা পাম্বোম ফাবী, নৌমা শারুবা মায়ানবী অসিমচিংবা ইম্লে, য়ামলে, শিনৈ। শকনাইরবী লৈমত্থ মচিন্দা সনাৱৈ অথোনবা অচৌবা অমা চিত্থনা লাকই। মাবু উবদা ময়ামত্থ ঙক্লা য়েংনৈ। ঐস্থ য়েংঙি। নকশিল্লরুগ উরে মচিন্দা চিকলিত্থ সনাৱৈ অথোনবা ওইব্লমদ্রে। চিনবান ঙাঙবী ভয়বা ওইরম্লে। মুপীত্থ মচিনবান খরা চাউবা মীভানি। মচিনবান অচৌবত্থ থুংনবা চিনবান ঙাঙবী তৈবনি।

## ( ১৬ )

## হোম কাপ

ইনশাংয়োনবী অমগা ঙায়োনবী অমগা রারী শা শাত্থনা কৈথেল কুম্মকই। অমনা হায় "ইনমহন থবক্তা চিহ্লাও থিবসে কৈমতা কাম্নরমদ্রে। থরোশংগী মচা মুপা চাউয়াইমদো মানা হোম কাপ অহানবা চঙখিবা মতমদা ময়াম্না নোক্লরমদ্রাও? হোম কাপ্পু থবকনেইদনা অসিগুম্বা থবকপু তৌবা হৌনদে হায়নরম্মীদনা। হৌজিক্তি মহাক ফম অচৌবা অমা কারে হায়য়ে। নহালদো ঐদি ইঙকপু ঙকলুরে, হোম কাপ ৫/৬ লোয়নত্থনা ময়ুমদা লাকঅম্মে। মশক্কা য়াম ফজথোকলে লেমস্থ লেম্মে। পোসাক্কা ফজনা শেৎখ্র-পোৎনি। হোম কাপ ৫/৬ মাগা লোয়নরকপদো চাউয়াইমনা হায়বা পূন্নমক সাগামকা তৌত্থনা ইল্লে হায়রানি। মমা মপাস্থ হৌজিক্তি মাই মপানদে মুংঙাইরে। খুৎত্থা হাম চারেদনা।"

ইনমহম্না শোল্লপনা খুম্মলকই—খঙদেনৈ মী মচাই মরাইবক্তি।

## ( ১৭ )

## স্কাস

উয়্র্‌ লদা চৎপা টুরনি। চপী ভারিরুচিংবদি কাউথ্রে। স্নুমিৎ ৪নিগী খোঙচৎনি। মুখ্য সেবিকাগী কাটরদা থুংতি। হুমনি শুবৈ সুমিদাংরাইরমদনি। সেবিকাত্থুগা ঐগা হয়েং ইম্ফাল থোকপৈ রারী শারি।

—হয়েংদিনে ওজাইদমক ঐনা পোং অহুমথক হাপকেকো। ইম্ফালদা ওজানা চারুনবা।

—কৈনো নঙনা ঐঙোন্দা হাপদৌরিবো?

—অত্থুবুরাও তোনীংকোক মরা মপুল অপৌবা অমা, মোরোক অশাংবা অঙাংবদো শম মচা অমা, অত্থুগা স্কাস থোরা মচা অমগনে।

—তোনীংকোক মরা মপোপ য়াম চাউবদো মত্থু ঐদি হাউজথ্রে। মোরোক অশাংবদো কয়া শাদে অত্থুনা ঐনা পাম্বনি। নঙনা হপ্পীগদৌরিবা পোৎশিংদো ঐনা পাম্বা চানীংবা ঙাক্তনি। ঐ হরাওয়ে। অত্থুগা নঙগী স্কাস হায়বত্থুদি ঐ কয়া পামদে। মহোয়না লীকলীদা কুইনা থম্বা য়ানবা হিদাক অমা হাপ-মাল্লেনে। মনমত্থু ঐ হৈনদে। নঙনা হাপ্পীনীংলগা লীকলী অমতমক হাপ্পীয়ু।

ঐগী রাত্থু তাবদৈ মুখ্য সেবিকাত্থু রাম্থমখৈ নোক্লে। অত্থুগা হায়রকই—

—ওজা লীকলীদা হানবা হৈং মহীত্থু নত্তেনে। ঐনা ওজাদা হাপকে

হায়দি ঙসাই ঐখোয়না চক্ফুৎ চাবহুনে। ঐখোয়দি মহু স্কাস কৌই।

—ঐখোয়দি মহু দশকুশ কৌয়ে। মহুবু ওইরদি বোরা অচৌবামা হাপলবস্নু য়াইয়ে। কৈস্নু কায়দে।

( ১৮ )

## কাও হাৎলিবরা নম্রগা খুবাক ঈশৈ ওরাইরিবরা ?

অচৌবা ওফিসার অমগী মুপীনি। চাউ শাংঙি, শাবান মুর্ত্তিস্নু চঙখোল্লি। মুপীহু চঙঙকপদা ময়াম্না ফমফমদৈ হৌগৎ হৌগৎতুনা নমস্তে তৌনৈ। মহাকস্নু হরাওবশা খোইরুম মোমোন নোক খুবাক খুই। নত্তে মাইহুবু নমস্তে ওবলিবরা? নম্রগনা মঙোন্দা নমস্তে তৌরকপা মীহুগী মমায়দা কাও চীকদৌরে হায় কাও হাৎপিরিব্রা? মহাকী মচীনস্নু লেঙগুম লাক্লুম তৌই। মাইহুবু খুবাক ঈশৈ ওরাইরি ঙাৎলা? কুমশি কাংদা ঈশৈ হন্দোরিব্রা? অথাপ্পদৈ উবহুদা ঐনা খঙজদহুনা হংবনিকো। রারৌবিগম্নু।

( ১৯ )

## পাকম্ন হাম্না পাত্র পায়শিন্দুনা থম্বা

ডিউলালেন্দদি। ঐগী মরূপ অমগী মচান্নুপীগী মপোক নুমিংকী মরূপ মপাং ময়াম পীজ পিথক তৌদৌরি। ময়াম ওম্না য়ৌনরক্নে। চা থক্কদৌরি মওংনা বকে তাইপকী মওংনি। মুপীমচা ৬/৭ না অচাপোৎ য়াওবা পাত্র অমমম পায়হুনা য়েনবা হৌরে।

লৈশাবী মচা মশক মতৌ ফজঞবী মমিং মমায় নীংথিনা য়েকপী খুজিল শংবী অমা মতাই থংনা ফম্মী। মায়কৈ ভোঙান তোঙানবদে অগাপোৎ য়েনবা হৌরক্লি। সোমদা মতাই থংনা ফম্বী লৈশাবী অহুদা হান্না পাফর হাপ্পা পাত্রহু লানশিল্লী। লৈশাবী অহুনা পাফরহু অমতা লৌবগী মহুংতা পাত্রহুস্থু য়াওনা লৌশিল্লগা পায়হুনা লৈথোকখ্রে। পাফর য়েল্লিবা মুপীমচাহু ভকুনা তৌফম খণ্ডদন চপ লেপতুনা লৈরে। লৈশাবীহু বফে টাইপকী চা-থকপা অমুক্তা য়াওত্রিব মীশক ওইবা তায়।

## ( ২০ )

## ওক তান্নবৈ কুম্মৈ

ঐনা ডেভেলপমেণ্ট ডিপার্টমেণ্টতা এডিসি ওইরিঙৈগী রারীনি। করম্বা চহীদনো কাউখ্রে। কুম অমগী ২৬ জানুরারীগী রিপব্লিক দেগী কুম্মৈ য়েংবা চংলি ট্রাইবেল মুপী ৫০। চীং অমস্থং তমদা লৈবা ট্রাইবেল মুপী জাৎ শুনা য়াওই।

মুপী ময়াম অহুনা দিল্লীদে খণ্ডহল্লকই মখোয়না ডিমাপুর য়োরকদবা মুমিং মতম্মচিংবা। হায়রকই— "ঐখোয় চানীংবা অমতা চাবা ফংদ্রে। সিদা চারিবা চাক ইনশাং হৈনদে। ডিমাপুরদা চানবা ওক থোংবা অমগা লফু ইরোনবা অমগা তৌরম্মু। চাক থোংহুনা থনম্মু।" হায়না।

মতমহুগী ডেভেলপমেণ্ট কমিশনরনা ঐঙোন্দা হায় নঙনা মুপী অঙাংগী থবক তৌরিবনিনা নঙ চংলো সিদৈ ওক অনী লৈরো,

লফু ৪/৫ গা পুরো। জীব অমা ট্রেইলর য়ানতুনা পুরো হয়েং চৎলো হায়রে। চৎলে ঐ হায়রিবশিংতু পুতুনা।

কোহীমাদগীদি খর চঙশিল্লগা ডিমাপুরদি য়ৌদ্রিঙৈ মরক অচৌ অচৌবা মুংজাও লৈবা, লৈরাই অঙম্বা লোক লৈবৈ অতুরাইদা ট্রেই-লরসি গ্রোং গ্রাং য়াম লাউরে অমুক্তা য়েংখিসি হায়তুনা গাড়ী খাম্মী। লম্বী শাংনা লাকপনিনা ও কশিংতুনা চোংবদা পুল্লিবতু নাস্থোকপা ওইবা তাই। ওক অমদি গাড়ী হেক খাম্বগা চোংথতুনা চেনখ্রে। ড্রাইভর অতুনা চেনখ্রে চেনখ্রে হায়তুনা তাম্নৈ। ফংদে কম্না চেনখ্রে। ড্রাইভর অতুনা মপৈ মপৈ পৈতুনা লৈরমলিবা শীংতুদৈ শীংগায়বাক অমা লৌরগা ফৈনা কম্না লংবদা ওক অতুগী মখোঙদা পাল্লে। চৈনাখোল অতুনা ওক অতু থরো থরো ওল্লে। অতুদৈ লোকখাদা ওম্থ্রে। মখোঙ তেক্লবনিনা ওকতু চেনবদি ঙমদ্রে। অতুবু করম্না লৌখৎকনি?

করি উপায় তৌসিগে হায়তুনা ঐনে, ড্রাইভরনে, পিয়ননে ঐখোয় ৩ তাম্নৈ। খনমথৈ খন্নরগা পিয়ন অতুনা হায়রকই "ঐখোয়না পুরকপা থৌরি অশাংবা ওক পুন্নরিতু থোক্লসি। অতুগা থৌরি অতেনবা য়াওরিবশিং অতুনা ওক ১তু মখোঙমখৈ কম্না পুনশিন্দুনা থম্মসি। ঐ মথা কুপ্লগে থৌরি মতোল অমা থাদবিরকও। ওক অসি মখোঙ মরীমক কম্না পুনশিল্লম্মগে অতুগা মথক্তা কাররুগে।" ঐনে পিয়নগা ড্রাইভরগা ঐখোয় অহুম চঙতুনা থৌরিতু পায়তুনা ওক অতু উচিন নাচিন্না রানা মথক্তা চিংখৎলে। চিংখৎপতু কুম্মৈ অমনি য়েংবীনবা লৈতবৈ রানি।

ওক অমসুং লফু পুতুনা ডিমাপুর য়ৌরে। ডিমাপুরদা কবুই

খুল অমা লৈবত্তুদা ওক অত্থু থোংহল্লগা মুপী ময়ামত্থু পিজরুই। ট্রাইবেল ইচিন ইনাও ময়ামত্তুনা মপূক থন্না চারগা "ওজানী ঐখোয়গী লিদর নঙ পুরশ্মস্থু ফদবা। মুংঙাইবা য়োরক্তে নঙগা অমুক চৎখিসিকো। নঙ শিখিন্নুকো। পুন্সীখোকো। ময়ামত্তুনা মুমিৎ অত্তুদা পীখিবা বয়ত্তুনা ওইরমাল্লে ঐনা ঙসিফাও ভুরোই ঙামলোই হিংলিসে।

---

# অহুমশুবা তাংকক

## (১)

## পোৎক্ষম ক্ষম্বী ঙায়োনবী

ঐগী য়ুমদা রেকোর্দিং সেণ্টার অমা লৈজে। সাউন্দগী রেকোর্দিং সেণ্টারনি। রেকোর্ড লৌবা মী মখল জাৎ শুনা লাকই।

নোংমা লাকই মাও মচা পাখং অমা। নহা ইনখৎলকপনি। ঐ মাঙ্গোলদা ফমত্থুনা লৈ। মহাক্না ঐঙোন্দা হংডি। স্টুডিও অসি মপু লৈত্রা হায়না। লৈ হায়না ঐনা খুম্মী।

' লৈরপতি খরা কৌথোকলকও"

"মপু হায়বু ঐনে। নঙনা পাম্বা কৈনো হায়য়ো?"

"নঙ মপু নত্তেতো। নঙ মপু মাস্তেনে। মপুতো কৌথোরকও"

"ঐ মপুনে থাজৌও। নঙ রেকোর্ড নমগে হায়ব্রাও?"

"হোয়নে রেকোর্ড অমতা লৌকে। মতুকি ব্না খরা হংকে তৌপনে।"

"করি ৱা হংগে হায়বনো? হংনীংবা খঙনীংবদো হংঙো। ঐ লোইনা হায়গে।"

"থাজত্তেপো নঙ খঙলমগতপা মান্দে। মচীন থীপা মাল্লি। ওইতপা ঙাঙনম্লুসি কৌথোরকওনে মপু অশেংবা কৌথোরকও। মতম অরেমপাত্তা মাঙলেনে।"

"অত্থুদি ঐসে করিদি মাল্লি?"

"নঙ শাউরক্কনিদা অমানপতো হায়রতি।"

"ঐ কৈমতা শাউরোই। অমানব হায়বদবো করিগী শাউ-দৌরিবা? হায়রো তারসিনে। ঐ য়াম তানীংলেবা"

"অতুপুরাও খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলতা ভাকা য়েনপতো অহ্ মাল্লিনহৈ। নঙ শাউপ্রা?"

"শাউদে: কৈগী শাউদোইব। অমানবা হায়ববো। ঐ ওস্তোকনা নুংঙাইগ্রে নঙগী রা তাবদা।"

"নঙ শাউতুনা হায়শিন্নপা মাল্লি।"

অশুম্বা মাঙ পাখং অহ্গা ঐগা রারী তৌনরিঙৈ তানজা অহ্দা নুপা অমনা চিঠি অমা পুরক্কুনা ঐঙোন্দা পীরে। চিঠিহ্ ইংরেজীদা ইরকপনি। ঐনা মখোল থোক্না লাউনা পাই ঐনা লাউনা পাবহ্ তারগা মানা হায় "নঙ ইংলিসকাস্থু হৈপোরে?" খুম্মী 'হৈয়ে। অঙাং ওইরিঙৈদা খর খর তমহৌবনে। অহ্না হৈরিবনিদনা। চিঠিসে খৃস্টান ফাদর অমনা ইরকপনে। মাস্থু নোংমা হন্দক্কী চয়োল অসিগী মন্নুংদা রেকোর্ড তৌরগনি। ছাত্র ময়াম্বা শক্কদবা বাইবলগী ঘোসপেল ভাক্কনি। ছাত্র ময়াম পুহ্না লাক্কনি হায়রকপনে। অরেপ্পা মুমিংতি ওসি নোংমা নিনীসিগী মন্নুংদা খঙহল্লকনি হায়রকপনে।"

নঙ থাজরোইনে। ঐ ডাইরেক্টর ওইরম্বনে। ঐনা ডাইরেক্টর ওইরিঙৈদা ট্রাইব্যেল রেলফিয়ারশ্ত্ পুরমমে। নহোয়না অরাপ্পা ঈশিং খোংদৈ, চীংদৈ ঈশিং পুনরিবা পাইপতো ঐগী মতমদগী লৈবা হৌবনে।

'পাইপ হায়তি অমুবা উত্তোং অহোবা ঈশিং পুনপতো অতুনিনে হা ?"

'মান্নি মান্নি।"

"চীংতত্তি মতু য়াম কান্নেপো ফৈপো। অতুতা নঙ ডাইরেক্তর ওইরম্বী হায় সিমদি ঐ থাচবা ঙমজেপো। মতৌ মাহেনে।"

অদে পাখং অতুনা মাগী রেকোর্দিং হয়েং তৌরগে হায়রে। স্টুডিওগী চার্জ্জ, চঙদবা কেসেট, যন্ত্রনচিংবৈ রা শুগাইনা তাকপ্রে। নোংঙানবৈ অয়ুক অতুদা পাখং অহ য়োরক্লে। হায়খিবা মতুং টম্না চঙগদবা পোৎচৈ পুন্নমক মহাক্না পুরক্লহুনা রেকোর্দিং হোৎপ্রে। ঙহাক লৈরগা মহাক স্টুডিও মনুংদে চেম্ষোরক্লে অহুগা ঐঙোন্দা হায়রৈ "ইমা ঈশৈদি য়াম ফজপ্রে। মীনা শকপগা চপ মান্নে। ইকো খিক্তং থাক্লতি অমুক্কা হেন্না ফজনি হায়রেনে ঈশৈ শঙ্গিশিংতুনা কমতৌনি ? ইমানা রেকোর্ড বাবুনিদা খর হায়পীরোনে।"

ঐনা হায়গে হায়গে হায়দুনা হায়বীরে। মতুংদদি নঙন্নে ননীং থুংদবা লৈমখৈ রেকোর্ড বাবুদুদা অহুম হায়রোকো। পেন্দ্রদি অমুকসু হন্না লৌবা য়াবনি। অমুক হন্না লৌবিয়ু হেক্তা হায়য়ু। পৈশা তিংগদবা নত্তে।

"ওঃ অনীরকসু হনবা য়াপোরে। ঐত্তি খঙতপা"

ঙহাক লৈরগা মানা মথুংদা লাউবা তাখি "ইকোতো য়াকমল্লে খর হন্তনা থাকপিয়ো" হায়না।

রেকোর্ডতু লৌবা লোইরে। মহাক ঐগী ইনাক্তা চঙলকই। কয়া থোকপনো হায়দুনা পৈশা পীরৈ। পৈশাহু তংখায় অম।

হনরি য়ঙোন্দা। মানা কৈগী হল্লিপনো হায়না হংলকখি। ঐনা খুমখি নঙদি অচুম্বা অশেংবা য়াতা ঙাংঙি মতুদৈমক হল্লিবনি হায়খি।

"ইমা নঙকীসি অওইমক্কী হল্লিপরা?"

অওইমক্কী হল্লিবনিনে। ঐদি নঙোনদৈ পৈশ্মা য়াম লৌনীং-দেনে। নঙ অচুম্বতা হায় অওইবদা ঙাঙঙিনে।

ইমা নঙনা ইমোং মোংলদনা লৈরম্পা অতুতা থাজদতুনকো পংহায় হায়খ্রেকো। নঙ শাউমুকো। ঈশ্বরনা নঙপু চানপিকনিতা। ইমা ঐ চৎলেকো।

( ২ )

## ইপা হনখ্রগেকো ঐখোয়

নোংমা অমনা মখোয় মুপা অনী লাকপদো চুড়াচান্দপুরলোমদৈ মাল্লি। স্টুডিও তাং ১০ দা শংত্রা? শংলবদি মখোয় বুক তৌরমগে রেকোর্ড লৌগে হায় হং লাকপনি। ঐনা শংঙি হায়তুনা এডভান্স পীরে বুক তৌরম্লে। চৎলমদাইদা মখোয়না হায় "ইপা ঐখোয় হনখ্রকেকো। তাং ১০ দা ঐখোয় অমুক লাকে।" হায়রম্মগা মখোয় চৎখ্রে।

করম্না মখোয়দা ঐ ইমানি হায়না ব্যাখ্যা তৌরুনি।

( ৩ )

## হৈমা মুপীনিনহৈ ইকায়জরেদা

নোংমা অমনা মুপীমচা লৈশাবী অনীখক লাকই। মখুৎতা মেগাজিন ৭/৮ ৭/৮ পায়রকই। মহোয় ঐঙোন্দা মেগাজিন য়োনবা

লাকপনি। মখোয় অনীত্বুই মরক্তগী অমনা হায়—পাবুং ঐখোয়গী অসি মেগাজিন য়োনজবা নচ্চদে। ড্রোনেশন নিজবনি অঙম অঙম্বা হাপ্লীয়ু। মেগাজিনসি নম্বদা শেল খর পুৎথত্নুনা তৌরবনি। হায়রগা মাঙদা মেগাজিন কপি অমা থম্মী। মমলদি লুপা ৫ থাই। মমলদৈদি হন্থবিয়ু হায়। ঐনা লুপা ৫ চৎপী অমা পী। মখোয় অমী থোকখ্রে। শুমাঙ ময়াদা হৌরিবা হৈনৌ পাম্বী মখোঙত্বু য়ৌফাৎত্রি মখোয়না থোকখিবত্বু।

ত্তানজা অত্বুদা লুপা অনীস্নু চঙলকই। মহোয় অনীগা হায়বদি থোকখ্রিবা অত্বুগা চঙলকলিবা অত্বুগা লেঙ থয়নবৈ মতমত্বুদা চঙঙক-ইবা অনীত্বুই মরক্তগী অমনা মখোল হোনা 'হো' হায়না কৌরকই। ঐস্নু 'হাও' হায়ত্বুনা কৌরকইত্বুগা হৌবা মান্নন খুম্মী। কৌরকইত্বুনা মখা তাথরকই "ইচে অর্টিকল হায়ত্বু ইবা লোইবিরব্রা ? মত্বু লৌজগে হায় লাক্লিনি। ইচে থেংনবা ফখ্রেদা ঐখোইদি লৈরমদত্বুনা ঊনরোইদ্রা হায়না মুংশা থীরুরনি।"

ঐখোয়না ঙাঙনরিত্বু তাত্বুনা থোকখ্রিবা মুপীমচা লৈশাবী অনীত্বু হন্না য়েংথোরকই। ঐ উবদৈ "হাইমা মুপীনিনহৈ ইকায়-জরেদা" হায়রম্মগা মনীং তেকথোক্লুনা চেনখি।

## ( ৪ )

## পাবুংগী কমথোন কাবা

নিংথম থানি। ঈংঙি হায়ত্বুনা কম্বল অমা ইল্লি। শামতুগী কনেক অমা শেৎলি। য়োং টুপি অমস্নু কোক্তা উপ্লি। চেক হাপ্পা

হন্না গাড়ী অচৌবা অমা থৌজিল্লকই। চেক অহু চেকোনদৈ ঐনা লয়বনি। চেক্কু থাদবা লোইরে। ঐ লেপতুনা লৈ চেক থাবা য়েং। লোইরবদা ঐনা হংডি ড্রাইভর অহুদা "ইবুংঙো চেকোনগী ম্যানেজার বাবুনা চালান পীরকপ্রা ?"

ড্রাইভর অহুনা পীরকই য়াওরি হায়হুনা ফুরিংখাওদৈ লৌখোক্লগা ঐঙোন্দা পী "পাবুং সিদা লৈরে" হায়না

অমুকসু হন্না ঐ পাবুংগী ফমথোন কারে।

## ( ৫ )

## অস্ট্রেলিয়ান অমসুং বুলদোজর

য়াম্না স্মার্ট ওইজনীংবা অখঙ অহৈ শাজনীংব নহা পাখং অমনি। নহা অহু লোংমা ঐগী স্টুডিওদা রেকোর্ড লৌবা লাকপা কলাকারশিংগী মরক্তা য়াওরকই। কলাকার খরা রাৎতুনা ঙাইনরি রারী রাতাই শানহুনা। অখঙবা শারহুনা মানা হুইগী রারী তৌরি।

মানা "ঐখোয়গী অরাং থংবদা লৈবা ইঞ্জিনিয়ার অহুগী হুইজাও অমা লৈ। ফজপ্রে য়াম্মসু চাউই। খোংবকাদি মখোল হৌপ্রপোৎনি। শিংসু য়াম শিংঙে। চাবকাক্তি অহাওবতা পীজবনিনে। ঐখোয়নকা চাবা ফংদবাঙাক চাবনে। মাগী হুইহুদি সত্য কল্লকপ্রেবো।"

কলাকার অতোপ্পা অমনা হংলকই "মাইহুবু বুলদোজার নত্রাও ?"

খুমলকই "হেরা অস্ট্রেলিয়াননিনে।" হায়না।

রারী শানরিহু তাবদৈ ঐনা খল্লি মখোয় অনী ঙাঙরিসিবু খঙনা খঙনা কাগী তৌনরি জাংলা নত্রগা মুপ্লা খঙদহুনা তৌরি-জাংলা ? অশেংবা অমা খঙদোক্তে হায়না নীংলহুনা হংলে হুইহুগী

মওং মতৌ, শাবান চাউশাংবা। পূম্নমক চুম্না হায়রক্লে। অমুকস্থু হুম্না অস্ট্রেলিয়ান অত্থম হায়রক্লে। অমাত্থমস্থু অত্থম বুলদোজর হায়রক্লে।

অত্থৈদ ঐনা ইবুংঙো নহোয় অনীনা হায়রিবত্থু লাল্লে। নহোয়না ঐঙোন্দা তাকলিবা অত্থগী মতুং ইল্লবদি, অস্ট্রেলিয়ান হায়রিবত্থু এলসেশিয়ান হায়গদবনি। জর্ম্মনি ওরিজিন্নি। জর্ম্মনীগী হুইনি। বুলদোজর হায়রিত্থনা বুলদোগ হায়গদবনি। মমায় পাকপা, শুগংপা মানবা হূই অত্থনি।

চুম্না চুম্না হায়ত্রবদি খণ্ডদনা অখণ্ড শারে হায়ত্থনা মীনা উশিং-খিরোইকো ইবুংঙো।

( ৬ )

## লাককোত্তিগী পেলন

ঙায়োনসী অমা মাগী লুবাক অত্থ পুত্থনা চণ্ডকই। মহাক খুল্লক্তা চণ্ড চণ্ডত্থনা য়ুম খুদিংগী ঙা য়োনবা চৎপী মুপীনি। ঐখোয় য়ুমদস্থু তত্থনা লাকই। নোংমা মানা চণ্ডকপদা হুংঙি মঙোন্দা করি করি ঙা য়াওরিবগে হায়না। ঙায়োনবীত্থনা খুম্মকই— শুনা য়াওরিয়ে, গিলাস কাব, লৌ, নাইলোন, ফিকতিন, বেলুন, ঙামেন্মা, মাঙ চৎপী তুংহনবী, শমজেৎ, সিল্লভোরা, লোইনা য়াওরিয়ে।

অদে মানা মখা তাথরকই "গিলাস কাবসে চাউরদি য়াম হাও-বনে। অনীখক য়াওরিনে। অনীসে ওনবদা গেলোন অমগা মখাই লুম্বনে। হাওনি লৌবিহোনে। তুংহনবী ৩/৪ সিনা তাউত্থনা চানবা লৌবিহোরো। মশা য়াম তেকলিবনি।"

ঙায়োনবীহুনা "ইনে অতৈদি লায়রি স্বাইদা লাককোতি কৌবা ঈশৈ শকপা মুপা অমা লৈব্রাও ?নিমাই সন্ন্যাস মানা শকপদি মুংঙাই হায়নৈনে।" লৈনে করিগীনো ? খুম্মী ঐনা।

"ঐখোয়গী মনীংহূদা হন্দক নোংমৈ মরু থক্তোরক্লুনা পান শিখিদো মাই শোরাৎতো লাককোতি হায়হুনা শক্কনি হায়নবা। শোরাৎ মুমিৎতো ঐ কৈথেলকা কারোই। লাককোতিনা শোরাতুদা নিমাই সন্নাস শক্কনি য়াম মুংঙাই হায়নৈ। মুমিৎতো ঈশৈহুম তাথোককে খল্লিবা। অহুগনে শিন্নিবা পাখংদো মমা মপানা মতোমতা পোকচবনিনে। মমাদো য়েংবদা কয়া মুংঙাইখিদ্রে। অঙাওবীগুমথ্রেদো।"

( ৭ )

## কোকথুম্বীগী ব্রারোল মায়থুম্বী

নোংমা মুপী অমা লাকই ফিলমগী রা হংনি হায়না। মহাক হরে কৃষ্ণগী কাণ্ডবুনিস্নু হায়। মৈতৈনা থিন্নবা চন্দোন য়াম অটিষ্টিক ওইবা মওং অহুম্ম থিন্দে। য়াম্মা পাকনা পাকনা থিল্লি। ফিরুক চিন্দুগীনি। ফিরুক খুম্বনিনা মশক নীংথিনা উবা ফংদে। মশমহূ তেনবগুমস্নু তৌব্রা কৈনোমা তৌই। মশক ফজে ফজদে হায়বা ঙমদে। কয়া নহা অহলনো হায়স্নু খঙদে।

ঐনা "ইবেম্মা কৈ থবক্কী লেঙুকপনো ?" হংঙি।

খুম্মকই "ওজা! ঐ ওজাদা করিগুম্বা অমতা হংজগে হায়হুনা লাকচবনি। ওঙাদি মুন্না খঙবিরমগনি।"

"করিনো ইবেম্মনা ঐঙোন্দা হংনীংলিবো ?"

"ঐ ফিল্ম অমত্তা নমজগে হায় তৌজবা।"

"করম্বা ফিল্ম জাৎনো? ডোকুমেন্টরীরা? ফিয়েচররা? কল্লরদা নমগদৌরিবরা? ব্লেক এণ্ড হুয়াইটলা?"

"ঐখোয়গীদি হয়ে কৃষ্ণগী হায়সি মণ্ডাইরেদনা। নমগদৌরিবা ফিল্ম অসিগী য়ারীনচিংবা ইজহুনা লোইরবনি। ঐনা ইজবনি ওজাবু অমুক্তা পাতুনা য়েংবিয়ু হায়তুনা অইবা অদো পুজরকই। ফিল্মহুদা ঈশৈ ৩/৪ সু য়াওজগনি। মতুস্মু ইজরে।"

ঐগী য়াহংগী পাউখুম অমতা মহাক পীদ্রে। মানা থোকপা অমা পংঙাংতা ঙাংদুনা লৈরে হায়বা ঐ খঙলে। ফিল্মগী মরমদা কৈমতা খঙদে হায়বহু ঐ ভাব তারে। ঐ ইশামকস্থ মুন্না খঙবা নত্তে। খর খঙলিবসি দেখা শুনা হায়বহুনি। মুপীতুবু থুনা থাদোকখিনবা ঐস্মু খনবা হৌরক্লে।

"ঈশৈদি কনানা শক্কনি?"

"ঐনা হায়জরুবদা তাইবুংঙো পাহারীহু হারাওনা শক্কনি হায়দুনা য়াবিহৌরে। ভজন ওইরদি সনাতোম্বীবু শকহল্লু হায়না তাকপীরকুনা ইচেম্মা সনাতোম্বীস্মু উনজরে য়াহৌরে।"

"কৃষ্ণকা রাধাকা শাবদি?"

"অহুস্মু লৈজরে। ঐখোয়গী অঙাংশিং ঙাক্কনি। হৈরা জাৎনি"

"ডাইরেক্তরদি কনানো?"

"নহারোল মরক্তদি ডাইরেক্তর ওইবসি ওকেন্না ইক কৈ হায়নৈ। মাবু নেক্সিয়া খল্লি। মাবুস্মু উনরুখিবা তারি।"

"ফিল্ম নম্বা তারদি শেল য়াম চঙগনি। খুৎতা শেল কয়াম লৈরে ?"

"খুৎতদি অমতা লৈজদ্রি। ঐগী মরূপ মপাংশিংনা পাংবীনি হায়। ওক্কনি। অহুদা ঐনা ওজাগা তাননীংঙিসি ওজাগী স্টুডিও মন্নুংসিদা মুপা অমতা চঙহন্দনা নম্বা য়ারোইদরা হায়বসিনি।"

"করিগীনো মুপা য়াওহল্লোই হায়রিদি ?"

"ঐগী ইপুরোইবনা নঙনা ফিল্ম নমগে হায়রদি নম্মু বেরা লৈতে। মুপা য়াওহনবদি য়াদে হায়বা অহুননি।"

মাগী অকোনবৈ রাত্তু তাবদা ঐ ভাব খংতা তারকলে। অদুদৈ ঐনা আউট দোর স্যুটিং কয়াম কাপকনি। ইনদোর স্যুটিংনা কয়াম হংবা অমতা মা ভাব তাদে ত্তিংঙক ত্তিংঙক অহুম য়েংহুনা লৈ। ঈশৈগী যন্ত্রশিংনা পহারীনা লোইনা তৌবিরক্কনি পুথিরকনি হায়ব্রা ? হংবদা মানা মখোয়গী পুংয়ৈবা, সিতার খোংবা, বাঁশী খোংবা মুপামচা ৩/৪ লৈ। মহোয়বু য়ৈহনবা য়ানি। অঙাং ওইরস্থু য়াম হৈ জাৎনি হায়রে।

মাগী মতৌ, মানা ঙাঙ শকহিবা ময়ামত্তু তাবদৈ ঐ লোইনা ভাব তারক্লহুনা ইবেম্মানা ডাইরেক্তর ওইহনগনি হায়রিবা ওকেন অহু অমুক্তা উনরুগো। অহুগা ভাব লোইনা তাগনি হায়হুনা থাদোকখি।

মুপীত্তু চৎপ্রবদা ঐ রাই কয়াম শংহৌই। মপোকসিমগী ভাব তাররোইদবা মীগা রা ঙাঙনবা মতম মাঙনবনি।

## ( ৮ )

## ক্ষমশেন্নবা শৈশকপা

ঈশৈ রেকোর্ড লৌনি হায়তুনা স্তুপী মৌ অমা লাকই। স্টুডিও বুক তৌরে। সুমিৎ লেপ্নরে রেকোর্ড লৌবে। সুপীহুনা শক তাকচৈ—মহাক কলেজ অমগী লেকচররনি হায়না। মতৌদি কয়া মান্দে। ফিজেৎ চাকচাস্ থাক কয়া য়োদে। মহাক উবদা নীংশিং-লকই চহী খরই মমাঙদা মাও পাখ' অমনা হায়রম্বদো ঐহাকপু। সুপী অহুনা ঈশৈ ময়েকশিংহু মানা ইজবনি। রেকোর্ড লৌশিল্লগা থমজনীং তৌবনি হায়না।

রেকোর্ড লৌব সুমিৎনি। সুপীহু ঙস্তা লাকচৈ। থন্নায় য়াওনা কলাকারশিংগী চান' থরুবা শীঙ্গ লাঙজৈ কোয়চেন চেন। কলাকার মথং মথং লাকুনা ঈশৈ লৌরি নমলী স্টুডিও মন্নুংদা।

সুমিৎ ভাশিল্লরুবহুদা ঐদি ইমুংদা চঙলে ফম্মুংদা হিপলে। ঈশৈ লৌরিহু ইরোই লোইশিন্দে করি তৌরবনো য়েংলুগে হায় ফম্মুংদৈ হৌগৎলগা য়েংবা চৎলি। য়েংঙি মেছিনগী কাদা চঙ। স্টুডিও মন্নুংদা তৌরমলিবা দৃশ্যহু উবদা ঐ ঙকপদা থেংন্রে। সুপা কলাকার অমনা মশা লেঙবা য়াদে ওপরেশন তৌরুবদা ঙাইব্রি হায়হুনা মোন, কুশন্নচিংবা অরৈবথৈনা কোয়না ঙাল্লগা হিপতুনা ঈশৈ শক লৈরম্মী। মহু উবদৈ ঐহাক অহুম থোরকলে। ইমুংদা চঙ ফম্মুংদা হিপ্থরে। ঙহাক লৈরগদি তুমথখমাল্লে। অহুনা মথা করি তৌখিবা ঐ খংদ্রে।

মুপী অচুগী লৌরমলিবা রেকোর্ড অচুগী ইডিটিং তৌবা কনাম্ম লাকখিত্রে। থরায় য়াম্না য়াওবী ঈশৈ ময়েক ইবীশু অচুম লাকখিত্রে কেসেট অচুম্ম লৌরখিদ্রে স্টুডিওগী শেলম্ম পীরখিত্রে ঙসি ফাওবা।

## ( ৯ )

## ঙমাঙ লীলাগী মুপীলান

মুমিদাংনি। ঐদি ঙন্না ঙন্না তুমগল্লি। ফমুংদা চঙলে তুমগে হায়দুনা। মপান্দা মী লাঙবা তায়। মী অমা অনীনা লাঙবৈ মখোল নত্তে। মীয়ামগী মখোলনি। থংনবৈ মখোলনি। ঐবু হৌদোরকই, কৌথোরকই অমুক্তা থোকপীরকউ হায়না। ঐম্ম করিবু তৌরবনো হায়না হৌগৎতুনা মপান থোরকই।

ঐগী স্টুডিওদা এটেস্ট তৌবা মমাঙ শঙ্গোই অমা লৈ। মুপী, অঙাং. নহা খুনেক ময়াম্না পীক থন্না লৈরম্মী শঙ্গোইদু। ঐনা কৈদৌনরবগে হায়দুনা ময়ামদুদা হংঙি।

ময়াম অচুগী মরক্তগী মুপী অমা চোংথোরক্তুনা হায়, "নহাল স্টুডিও অসিদা লীলা অমা রেকোর্ডিং তৌখিবদুগী কেসেট অচু লৌজগে লাকপনি।"

"লৌবা য়ারোই। স্টুডিওদা বুক তৌরম্বা পৈশা পীরম্বা কেসেট নম্নবা মুপা অচুদা পীগদবনি। কনা অমতদা পীবা য়াদে।"

"কেসেট অচু নম্নম্বা মুপাদো অচুনী মচেনে ঐহাকসে।"

অদে মুপী অচুনা হায়বা লোইফাৎত্রিঙৈদা অতোপ্পা অমনা

হায়রকই "কেসেট অচু পীবিখিনু। মচুগী মরমদা য়েংনবা খরা লৈরি।" অমনা অমুক "নঙনা খাম্বগী করি হক লৈ। নথৌ নক্তেনে খঙবিরব্রাও?" সুম তৌচুনা মখোয় মশেল পংখৎতা খৎনরকই। নাকপাক নাকপাক তানচুনা, মীচং মীচং নাইনচুনা য়ৌ য়ৌ খৎনৈ। কন্না কন্না লাউনৈ। খুৎ থোক্লবদি তৌদে। অকনবা চিনগী লাম্নি।

ঐনা, হয়েং নোংঙাল্লগা নেনা তানা খন্নরসি। হৌজিক্তি মুমিদাংনিনা কয়া মুংঙাইররোই লেঙঙো হায়। মখোয় অমতা হনগে হায়দে। খৎনচুনা লাউনচুনা অচুম লৈরি। হয়েং উনরসি হায়রম্মগা ঐ ইমুংদা অচুম চঙলে। মপান্দা খৎনরিচুদি লেপ্পা লৈতে লাউনরি। তোকখিবা য়ারে খল্লি। তোকপা লৈতে। শাউনীংচুনা ইমুংদৈ চৈশাং অমা পায়চুনা শাউনা ঐগী মমাঙ শঙ্গোই অসি নহোয়গী খৎননবা মফমলা? চৎলো লমজ্জাওদা খৎনরুচো, ঐগীদা খৎনবিরমু হায়চুনা চৈশাংচু পায়চুনা কনগে তান্নরে। মখোয় ময়ামচু কায়চুনা চেন্নৈ। মতমদো নোংস্নু কন্না জম জম চুরি। খরনা নোং হাংলগা চৎসি হায়নৈ। ঐনা করি নোং হাংবা হাংদবা, চোৎপা চোৎতবা করি থি চৎলো চৎব্রো চৎলো থোকপীব্রো হায়চুনা তাম্ভোকখি। খরনা হায়নখিবা তায়—হন্নুবীসি জাৎতা অমনিহৈ, ঐদি কিজেবো।

কোম্না খঙলকখি। খৎনরিসি শুমাঙ লীলাগী কেসেটকীনি। শেল তোংবা য়াই হায়চুনা পার্টি অনী শেল হেনগৎনা পীনচুনা মুন্নবা জাৎনি মীচঙ খোম্নচুনা। কনানা ওমখিবনো হায়বা অচুমদি খঙদ্রে।

## ( ১০ )

## অইবী অমা ওইবা তমগদৌরিবী লৈশাবী

ওজা—ইবেম্মাবু করি থবক্তী লাকপনো? চুম্না সুম কোয়থোরকপ্রা? নত্রগা?

লৈশাবী—চুম্না কোয়থোরকপনি হায়সু য়াই। কৈসু কায়দে। ঐনা লাকচরি মরমসিদি ওজাহোয়দদি য়াম নোক্লিংনা থোকপা রা ওইবা য়াই। অতুবু হংদবদি য়াদে ওজাদা মরু ওইনা হংজনীং তৌবনি। রারৌবিনু।

ওজা—করি রানোনে ইবেম্মনা ঐঙোন্দা হংনীংলিবো?

লৈশাবী—লাইরিক ইবৈ মরমদনিদা। ওজাদি লাইরিক জাৎ শুনা ইবিরবনি। ফিল্ম স্ক্রিপসু ইবিরবনি। ওজাগী ফিল্ম অনী ফোঙপ্রবতুই স্কৃপ ওজানা ইবিবা ঙাক নত্রাও?

ওজা—মান্নি ঐনা ইবা ঙাকনি।

লৈশাবী—ঐনা মনিপুরগী রারী মচা ইবা ড্রামা ইবা কয়াগসু উনতুনা রারী শাজরে। মহোয়না হায়রিতু ঐ ভাব ইতা তাবা ঙমদে। ঐনা মরু ওইনা হৈনীংলিসি ড্রামা ইবা, ফিল্ম স্কৃপ ইবনি। শৈরেং কাদি থর ইজরে। ওজাহোয়সু তাবিরমগনি এ, আই, আর, ইম্ফালগী তাবিনীংবা ঈশৈদা মরক মরক্তা ঐনা ইবা ঈশৈ ময়েকসু হেক হেক শরুকপনি। কৌবা য়াবা নহারোল অইবকা কৌথুনা য়ুমদা তমজরি। কৌবা য়ারোইদবা ওজাহোয়গুম্বা অহলদদি ময়ুম ময়ুমদা চৎতুনা হংজৈ। ওজাই মফমদসু ঙসি লাকচরিবা অসিনী।

ঐনা খঙনীংলিদি— ফিল্মদা স্ক্রীন প্লে হায়রিসিনা কমদোৌবা জাৎনো ? ফিল্ম স্কৃপকা করি খেন্নবগে ? ঐদি অনীসি অমতা ওইব্রা হায়না খল্লি। ময়াম্না মসি হায়রুরগা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা পংনোক্তা নোকশিল্লকই। ঐস্থু অশেংবা অমা খঙদোক্কে হায়তুনা ওস্নাদা হংজরিশিনী। ঐনা খল্লিসিবু চুম্বরা চুমদবরা ওজানা অমুক্তা তাকপীয়ু। ঐস্থু অশেংবা খঙদতুনা য়াম্না ইকায়রজাৎনি।

ওজা—ইবেম্মা হায়রকখো. ইবেম্মনা পামলিবা খঙনীংলিবা পুন্নমক্তো অমতা চিংথদনা হায়খো। ঐনা পুন্নমক্তুগী পাউথুম পুন্না পীগনি।

লৈশাবী—অতুদি হায়জরগেকো ওজা। রারীমচাগা নভেলগা করিদা খেন্নবগে ? ঐনা খনজবদি রারী মচাদৈ খরা চাউথোক, শাংদোক্না ইরগা নভেল হেক্তা কৌনমাল্লে হায়না খনজৈ। মসিনা কদায় ফাওবা চুমলমগদগে হায়বতুদি খঙজদ্রে। ঐ ড্রামা ইবস্থু য়াম্না পামজবনি। রেডিওদা ড্রামা অনীথকস্থু শান্নবিয়ু হায়তুনা পীস্নখি। থা ৫/৬ গী মুনি মানি অমতা হায়বিরক্তে। মীগীদি পংশান্দা শান্নবা তায়। হৌজিক হৌজিকমক ঐ রারীমচা ইবা হান্না তমজখিগে হোৎনজরি। রারী মচা ইবদা খ্বাইনা শকখঙনরবা মীওই খর কৌজপ্রি। মহোয়গা তান্নজগে তৌবনি। ওজানস্থু খরা তাকপীয়ু। শম্না হায়জরবদা লাইরিক ইবী অমা করম্না ওইগদগে করি করি চঙগদগে অসিনী ঐনা খঙজনীংলিসি।

ওজা—ইবেম্মা ঐগী পাউথুম হায়বদো পীরগে। ইবেম্মনা হায়খ্রিবা অদু তাবদৈ লোইনা খঙলে ভাব তারে। ইবেম্মনা করি পাম—লিবগে হায়বদুস্মু খংলে ঐনা খঙবমখৈ হায়রগেকো। মী অমনা মমা পূকন্নুংদৈ লোয়নরব্রবা টেলেন্ট হায়বদি গুন, হায়বদি মতীক ময়াই চেনবা মীওই, পোৎশক অমবু চুম্না য়েংবা ঙম্নবা, চুম্না খঙবা ঙম্নবা, খঙলিবা উরিবা পুম্নমক্তু ফোঙদোক্লবা ফজবা লোল লৈরবা, লোল অদুনা ফোঙদোক্লবা শক্তি মীমশা মশাদা লৈদুনা ইথোকপা ঙম্নবদি অদুগা হান্না লৈরম্বা অফাও অফাওবশিংনা ইরম্বা লাইরিক পাদুনা মহোয়গী জ্ঞান অদু লৌশিনবা ঙম্নবদি লাইরিক ইবী অমা ওইবা কাবক কাবক য়ারগদ্রা খল্লি। মসি ঐনা খঙজবা হায়বতনি। কদায় ফাওবা চুম্বগে হায়বদু ঐ খংদে। ইবা হায়বসে তম্বা য়াবা পোৎশক অমা নত্তে হায়বা অসি মখৈতনি ঐনা খঙজবা।

লৈশাবী—ওজানা তাকপিরিসিদি তম্বনা য়ারোইদৌরিনে। ঐ ভাব অমতা তাদ্রে। ওজা হয়েংমুক লাকচখিগে। ঙসিগীদি য়োৌজথ্রগে।

বিএ পাস তৌরবী লৈশাবী অমনা য়ুমদা লাক্লুনা হংলবৈ রারীনি ঐনা তমজখ্রিদু।

( ১১ )

## অরাঙকমগী টেলিফোন থুংতৌ

রেকোর্ড লৌবা ঈশৈ শকপা কাঙবু অমা পাখং অমনা লুচিংলকই। ঈশৈ অদু জয়কুমারগী লমজ্জীং মখাদা তৌগদবা মাল্লি। জয়কুমার য়োৌরক্লে হায়দুনা ময়াম্না ঙাইনরি। লাকমদ্রবা অদুদা

ময়ামত্তুনা অরাঙফম ওইরিবা লুচিংবা পাখং অতুদা জয়কুমারবু টেলিফোন্দা কৌ নত্রবদি থেংগ্রনি হায়। টেলিফোন তৌরুগে চুম্মিনে মত্তুনা থুরনি হায়ত্তুনা পাখং অত্তু ঐগী ইমুংদা চঙঙকই টেলিফোন তৌবা।

মতম অতুদা ঐগী লৈরিবা টেলিফোন্দি অরিবনি, অনম্বী, অরৈবী নত্তে। নম্বর হায়রগা রিং পীরকপা অত্তুনি। পাখং অত্তুনা টেলিফোন হেক পায়খৎপগা রা ভাঙবা হেক্তা হৌই—"তামো ঙরাং ঙন্তা লাকনি হায়রগা হৌজিফাও লেঙঙকত্রদি কৈদৌরে। ময়াম্নদি তামোবু ভাইনরিবা কুইরে। খর থুনা লেঙঙকও। ময়ামদস্ু তামো লেঙঙকঅনি হায়জরগে। তামো থমজরগে।" হায়রগা টেলিফোন থমফমদা থমদত্তুনা টেবল মথক্তা লোংথোক্তুনা থম্মী। ঐনা চঙ-শিনত্তুনা টেলিফোন অত্তু মফম চানা থম্মী।

টেলিফোন তৌবা লোইরে হায়ত্তুনা পাখং অত্তু মপান থোক-খিগে তৌবদা ঐনা ভাইখো হায়ত্তুনা খাম্মী।

"হৌজিক ইবুংঙোনা তৌখিবা টেলিফোন অত্তু কনাদনো?"

"তামো জয়কুমার ঈশৈ শকপত্তুদনি।"

"মহাক থুম্লকপরা? করি হায়রকই? লাক্লগে হায়রকপ্রা?"

"থুম্মক্তে, কৈমতা হায়রক্তে। মহাক থুম্মকওইদবা নত্রাও? তারবনিনা লাক্লগা লোইরে। থুম্মক্তস্ু য়াইদা।"

"নঙনা তৌরিবা ফোন মতৌদো লাল্লে। হ্যালো হায়না মানা হাম্না কৌরকদবনি। অদৈ তৌনরি অনী রা ভাঙনগনি। জয়কুমারগী নম্বর কয়ানো নঙ খঙত্রাও?"

"ঐদি খঙজদে। তামোনদি মী শুরবদি ফোন্দা হেক্তা কৌরকউ হায়বিরকই। অতুগী মতুং ইন্না তৌজবা ফোন্নি।"

ঐনা পাখংতু ফোনদা রা ঙাঙনবৈ নিয়ম খঙদে হায়বতু ভাব তারে। মমান্নবা অখঙবা অমদৈ নম্বর লৌহল্লুরগা জয়কুমার কণ্টেক তৌবিরে। অতুগা জয়কুমারগা পাখংতুগা ন্নারী শানহল্লি।

## (১২)

## লৈশাবী লাইগুরুনা লমথোকপা

মরক মরক্তা লৈশাবী অনীথক হৌনতুনা ঐগীদা হেক হেক লাক্লুনা টেলিফোন তৌরে। মহোয়না হায়—ঐখোয়গীদা ফোন লৈরস্তু মীয়াম লৈবা ইমুংনিনা ইরাঙ লাঙংি মফম মরাং অমতা খঙদে। অতুনা ওজাগীসি খরা মী চীকই হায়তুনা লাকচরিনি। ফোন অমুক্তা পায়জগে? অস্নুম্না ইতং তংত্না লাক্লুনা ফোন তৌরে। অনীতু য়াম্না কেনা কেনা ফিরোল ফজবা ঙাক্তা শেংতুনা লাকই। মী তাল্লক থোকপা মতমদতা লাকপনি মহোয়। খঙনবা মী মখে মখল শুনা তৌই ফোন। মমৈথংদদি পুং ৩/৪ পোংথা পোংথা তৌবা হৌরক্লে। পুং শাংনা শাংনা মীতোপনা কুইনা লৈবস্নু ন্নুংঙাইতবা য়াউরকই। অহানবদদি পুংখায়মুক মী মথং মনাও নাইনা তৌনরম্নগা হেক্তা হল্লহনি।

লাকপস্নু হৌজিক্তি য়াম তোয়শিল্লক্লে। পুংশিং য়াম্না ফোন তৌশিল্লকপা, ময়ুমদা হন্নি হায়ফাও কাউশিল্লপগুম তৌবকপা অতুদা ঐ শাউনীংবনা খম থেংলে। নোংমদি মহোয়না তৌনরি ফোন্দু কনাদনো করি মরম অরুবগীনো হায়বা অমা খঙনীংলতুনা মহোয়

মনাক্তা ফমতুনা তারে। অতুগদি মখোয়গা কৈস্নু থোক্লদবা হটেল অচৌবৈ, সিনেমা হোলগী প্রোপাইটর, ম্যানেজার, ঠিকাদার স্পেসিয়েল ক্লাসকী, শেনজাও পায়বা ভাক্তগা ওইরম্লে। ঐনা হান্না খল্লম্বদি মমানবী লৈশাবীদা তোবা ওইরবোই নীংলহ্বনি। মতু অমত্তা ওইরমদরে।

মখোয়না হংঙি 'তামো কৈদৌঙৈ লেঙঙকদো। নুমিৎ অমতদি খঙহনবিরকউ'' হায়না। খুমলিবা অমতুনা করি হায়রকপনো খঙদে। ''ঐনবু হায়রদি তামোদি থবক য়াম চিল্লি হেক্তা হায়। খঙজরে পুন্সী চুপ্পা থবক অতুম চিনবিরো।'' হায়রগা ফোন্দু শাটনা ক্রোক লাউনা থমখ্রে।

মখোয় অনীতু সেকেণ্ড-হেন্দ লুমলিজাৎলা? কেনা কেনা লাকলিতুনা কোইরুসি কা হায়তুনা হৌবিরকদ্রা থন্দুনা তৌরিব্রা? নত্রগা হিদাক থকপা মীনা নিশা শান্নবগুম শান্নরিব্রা?

ঐনা শাউনীংমনগ্রতুনা টেলিফোন বীলদি ঐঙোন্দা লাকনিদো ইবেম্মাহোয়দা লাকদবা নত্তেনে। জ্ঞান থর থর তানসিনা কৈনো। ইবেম্মাখোয় রাখল থর থর তৌবিয়ু। মীগীস্নু খরা য়েংবিয়ু। নুমিৎ অতুদৈ মহোয়দো ঐগী য়ুমদস্নু লাকখিদ্রে। কৌফাও কৌখিদ্রে। মমায়দি কোন তোপ্পা হীরাগুম কনবা জাৎনি মহোয়দো।

## (১৩)

## ওসি ফোন তৌরুবিসিদি কায়ননবা তাখেদনা!

ঐ শঙ্গোয়দা ফমতুনা লৈ। পাখং অমা টেলিফোন তৌনি হায়তুনা ইমুংদা চঙখি। পাখংতু রেকোর্ড লৌবা লাকপদা য়াওবনি।

ইমুংদা মহাক ফোন তৌনরি কনাগনো খণ্ডদে। মা চণ্ডখিবা ফনা কুইরে শুকথোক থোল্লক্কে। মিনিট ২০ লোম হেনখ্রে মানা চণ্ডখিবতু। থোরকমনদবহুদা চিংনহুনা ঐ ইমুংদা চণ্ডলে। পাখংতুনা ফোন্দা রা ঙাংনবতু ঙহাক তারে। তাবদে খণ্ডলে পাখংতুনা ঙাঙনরিতু মানা কোয়রম্বী মুংশিনরম্বী মুপীগনি হায়বতু। ঐনা ফমলিবতু মিঃ ১০ রোম ফাজিল্লক্লবনি। তোকমন্দ্রবা অতুদা ঐনা পাখং অতুগী মনাক্তা চণ্ডশিল্লগা হায় "ইবুংঙো কুইমনখ্রে। ফোন্দা রা ঙাঙনববু অতুক কুইনা ঙাঙনবা হৌনব্রাও? বিল য়াম্না তারম্লনি তোকও। নঙ রাতু লোইশিল্লো।"

পাখং অতুনা খুম্মকই "তোকচরগে রা অমতা লোইশিন্নজখিগে।"

শাউনীংমনগ্রতুনা ঐনা "করি লোইশিন্নবা লোইশিন্নদবা, তোকও হায়রিসিনি তোকও।" হায়তুনা পাখং অতুগী মখুৎতগী ফোন অতু মুল্লে অতুগা মুপী অতুদা "ইবেম্মা মুপা অসিদা নঙ লৈরু-মুকো। মথোঙ চাবা মী নত্তে।" হায়রগা ফোন্দু মফম চানা থম্লে।

অতুদৈ পাখং অতুদা ওনশিন্দুনা "ঐগী ফোন অসি পাখং লৈশা মুংশি রারী শানবা থম্লিরাও? পাখং লৈশা রারী শানবা থম্বা নত্তেনে খণ্ডব্রাও? বিল য়াম্না তারম্মনি। ঐদি রেকোর্ডদিংগা মরী লৈনবা ওইরবোই নীংঙি।"

"ঐনা টেলিফোন তৌরুরিসিদি কায়ননবা তাখ্রেদনা হরে হরে।" হায়না শোন শোনতুনা থোকখি পাখংতু।

( ১৪ )

## কারবারদা মিশা শান্নবা

স্টুডিও কৈদৌঙৈ শংঙি কেসেট অমতা নমজগে হায়তুনা হংবা

পাখংমচা অহুমখক লাকই। ঙসি হয়েংসিদদি বুক তৌরবা লৈতে শংঙি হায়না খুম্মী। অহু ওইরদি হংচিংসি মহোয়গী ঈশৈ নমজরগে হায়। ঐনা মীত্তাশিং অহু উবদা চিংনহুনা এডভান্স ওইনা স্টুডিওগী চার্জ্জসে তংখায় অমা থম্বীরম্মু অহুগা হংচিং অহুম নম্বীরবা য়াগনি। চার্জ্জহুগী মতাংদনি ওজাগা ঐখোয়গা খরা কুপথনা রারী শান্ননীং-লিসি। মখোয়গী মতৌ অমদি রাঙাং অহুদা মহোয়না করি খল্লিবা হায়বহু ভাব তারবনি। কৈস্মু রারী শান্ননীংঙাই লৈতে কেসেট নম্বগী রা ওইরদি।

পাখং অহুমহুই মরক্তগী অমনা হায়রকই "হংচিংসি ঐখোয় শোয়দনা নমজরনি। লৈবাক নীংবৈ ঈশৈ ঙাক্তনি। ঈশৈ ময়েকশিং অহু ঐনা ইজবনি। স্থর পান্দুনা কলাকারশিংনা শক্লবনি ফজনা রিহিয়াশ্যাল কা তৌহুনা লোইরবনি। ঐগী লৈবাক নীংবগী ঈশৈ ময়েকশিং অসে রেকোর্ড তৌরগা থমজনীং তৌবনি। কলাকারশিং অহুনদি পৈশা অমতা লৌবিরোই হায়রে। ওজানা স্টুডিওগী চার্জ্জ অসিদংগা।"

"নহোয়না হায়রিসি স্টুডিওগী চার্জ্জ ঐবু লৌবন্নু সিনিনে?"

"মান্নি মান্নি। মহুমক্কি। ঐখোয়না হায়জবা ঙমদহুনা। তশেংনা হায়জরবদা এডভান্স পীনবা শেলফাও লৈজদবনিনে। য়াম্না নংথ্রবা মচা ঙাক্তনি ঐখোয় অহুম লাকইসে। অহুননি।"

"ঐ রা অমা হায়গে। নহোয় অনংবা মচা ঙাক্তনি হায়বা নত্রাও? শেল লৈত্রদিনে কেসেট পুথোক্কে খল্লুম্ন। নিহুনা ঙাক থবক তৌবা কারবার তৌবা য়ারোইকো। ইবুংঙোনা

লৈবাক নীংবৈ শৈরেং ইবি তাবদা মুংঙাইজৈ। শৈরেংশিংতু কেসেটকী কারবার তৌবা কাঙবুদা নত্রগনা এ, আই, আর ইম্ফালদা পীথোকখো। মহোয়না মরাইনা ফোঙজখিনি। মতুনা ফগদমাল্লেনে। কোইচৎ চৎতুনা মী খুদিংগী শেল লৌবিমু, তাবিয়ু হায়জবা ইকায়নীংঙাই মশক্কি, ইজ্জৎ মাঙনবনিকো ইবুংঙো।"

"স্টুডিওগী চার্জ অসে পীজরোই হায়জবা নত্তে খরতদি তাবিয়ু হায়জবনি। য়ারবদি তংখায় অমতদি ওজানা য়েংবিয়ু কৈদৌগে। ঐখোয়বু খর মুংশিবিয়ুনে। ওজানবু তংখায় অমা তাবিরদি ঐখোয় কেসেটসি নম্বা ঙমজনিয়ে।"

"এডভান্স পীনবনি হায়তুনা নখুংতা পাই অমাফাও য়াও-রক্রবা নহোয়না কদায়দৈ করম তৌনা স্টুডিওগী চার্জ তংখায় অমা লৌরুতুনা পীগদৌরিনো। ঐদিনে হায়রিসিনী পাই অমাফাও তাবা ঙমলোইকো। নহোয়গী কারবার খুতৌসে ঐস্মু য়াম মুন্না খঙজাৎনি। হিদাক থকপা মীওইনা নিশা শান্নবগুম্বনি। নখোয়না ঐঙোন্দা নিশা মুংথিল পোবোপতা শান্নরবা য়ারোইকো।"

## ( ১৫ )

## থোক লীলা মচা অমা শান্নরম্বা

ব্যবহার তৌনা, য়াম্না ইকায়খুম্নমা, থকসী খাসী নাইনা ঐগা তিন্নজবা খ্বাইনা খঙনবা কালাকার শকনাইরবা অমনি। মানা নোংমা টেলিফোন্দা স্টুডিও বুক তৌরকই এডভান্স থিলহল্লকে হায়রকই। ঐনা হায়খি ঐগী স্টুডিও বুক ইবুংঙোনা তৌববু করিগী এডভান্সনো

হয়েং তৌবিগে হায়বা নত্রাও? হয়েং হেক লেঙকঅগা লোই-রসিবো। হায়নতুনা কেসেট নম্মী হায়নবা মুমিৎ অতুদা। অমুক্কী মতীক থাজননা তিন্নবা কলাকারনি।

ঈশৈ লৌবা লোইশিল্লক্লে। অকোনবা লৌবা ঈশৈগী লোইরমদাইদা পুথোকক্কদৌরিবা মুপাতুনা মাগী ফুরিৎখাওদে অয়াওবা পৈশামখৈ লৌথোক্লগা থীরম্মী ঐ উননবা। মানা পৈশা থীবতু ঐ য়েংলুদে। ময়ামদি মনুংদৈ থোক্লরক্ত্রি। মুপাতুনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা "ঐ পৈশা থিত্রা লৌজরুখিগে। ঐঙোন্দা য়াওরিবা অসিনদি কলাকারসিংদা পীবা কোন্নরোইদৌরে। রাহেং লৈকাই অমুরাইদনি ইনক নকপা। থুনা হনজরক্কনি। গাড়ী মচাদা চৎচগ-দৌবনি" হায়তুনা মাগী স্কুটবতু থৌদোকখি।

ঙহাক লৈরগা স্টুডিও মনুংদৈ ঈশৈ নম্বা লোইরে হায়তুনা মরী মরী যন্ত্র পায় পায়তুনা থোক্লরকই। ময়ামতুনা কোয়ম্বী থিনৈ কদায়দা লৈগ্রে, নত্রে মাবু কদায়দা চৎগ্রে হায়নি হায়রতুনা। এরেঞ্জর অতুনা পোৎ লিৎথা নান্তহৌবা য়েংলগা ইকোন কোন্না থোরকই। মানা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হংলৈ "ওজা ঐগা লাকমিন্নবা কেসেট পুথোককদবা মুপাদো চৎখিবা উবিহৌবরা?"

"উহৌই। কলারশিংদা পীননবা শেল খরা রাৎলে লৌরুনি হায় চংখিবনি। ঙহাক ওইরে। মা থুনা হল্লকনি হায়রম্বনি।" ঐগী রাতু তাবদৈ ময়াম পুন্নমক তুমিন তুমিন লৈনরে। মুপাতু হল্লকপা ময়াম ঙাইনরি। মুমিৎ তাগদৌরফাও মহাক হল্লক্রে। মুপীমচা কালার খরসু য়াওরি থেঙলদি খুদোং চারোই হায়তুনা ঙম্না হন্নগ্রে।

ঐগী মরূপ এরেঙ্গর অতুনা হায় "ঙসিদি ঐ খুৎ ফত্তবদা সেনাপতি ওইবা হায়বতু তাখ্রেদনা। ঐ ওজাই মাঙদা ওন্থোক্লা ইকায়খে। মা করিগুম্বা সিদা হল্লক্লদি ওজাই শেন কয়ানো অথোকপদো লৌবিহৌ। অতুগা ঐগী য়ুমদা খরা থাবিরকউ। হায়েংদি ঐগী প্রোগাম অমা লৈজে। হংচিংতো ঐ ইডিটিং তৌবা শোয়দনা লাকচগে।" হায়রম্মগা চৎখ্রে। পৈশা লৌরুনি হায় চংখিবা মুপাহু অতুম হল্লকখিদ্রে।

ইডিটিং তৌবা এরেঙ্গরতু লাক্লে। হেক লাকপগা ঐনা মুপাতু অতুম হল্লকখিদ্রে হায়না তম্মী। মানম্মু মাগীদা লাক্লে হায়। ইডিটিং তৌবা লোইরে। পৈশা কয়া থোক্লে হায় হংতুনা ঐগী শেল পীরম্মী। ঐনা চিংনতুনা মাগী মরুপ মপাং কলাকরশিংদা হংবদা মুপা কেসেট পুথোক্কনি তৌরম্বা অতুদি অতুম হল্লকখিদ্রে। ওজাদা পীরম্বা পৈশা অতুদি এরেক্তরগী মরন্নাই পোকেটতগীনি।

রাগয়শিংতু তাবদে খঙখি—কেসেট পুথোক্কনি তৌরম্বা মুপা অতুনা থোক লীলা মচা অমতং শান্নরম্বনি। কনানা খঙনি ঐখোয়না মহেল্লে খনবা ঐখোয়বু ঙম্বা অমম্মু মরাকই।

( ১৬ )

## শিংলরোইদবা লুপা চনীদা পুগে

নোংমা লাকই ঐগী মরূপ অমা নোক নোক্লুনা। মহাক আনন্দগী মীনি মুংঙাইথোক্লুনতা লৈবা। অরাবা হায়বদো মহাক মশক খঙদবগুম উই। মনিপুরদা ঐনা থেংনজবা ক্যান ম্যান হায়বদি

তৌবা ঙম্বা মীওই অহুমথক্নি। অনী অমদি নম্বর টু, নম্বর থি্রনি। নোক্নুনা লাক্লিবা অতুমদি নম্বর রাননি। অনীতুমদি মশা লৈখিদ্রে। নম্বর রানদি হিংলি লৈরি। মহাক্তি শু নোম্বদা তনবা লৈতবা পোৎ-থাবা হৈতবা মীতানি। অচুম্বা, অশেংবা, অওইবতা ঙাঙবা মীনি। মপুক্তা রা থম্বা হৈতে হেক্তা হায়দোকই। অচুম্বা ঙাঙগনবা মীসে কয়া মুংশিনদে। মানা নোংমসু অমুম্না হায়রম্মী। শেল য়াম্না চিল্লবা, পৈশা পায়দ্রবা, ইলেকসন ঙকয়া ওইরবদি মহাক ভোট লেপ্পা শোয়দ্রবনি। ভোট কানবা লেপ্পা নত্তে শেল তান্নবা লেপ্পনি। ভোট মরেপতি করম্না লেপ্পগে হায়বদা ভোট চিংথোক্নবনি হায়তুনা অমদসু অমদসু হায়জিন্দুনা পৈশা লৌথোকপা অমা। অনীশুবদা মী অতোপ্পা মাগী মরূপশিংদৈ ভোটকীদমক তেংবাংবা ওইনা শেল লৌবা। অসিনি মানা তৌরিবা। ভোট নকশিল্লক্নবদি অটোরিক্সো অমা ন্নাইরগা মাইক পুতুনা মশা মথন্তগী লাউ খোংতুনা ভোট খোমজ্জৈ। তৌবতদি মতুগী ভোট মখোমতু নুমিদাংদা মী মশক খঙনদ্রকান্দতা ঙাক তৌই হায়।

মহাক ফিল্মগী দাইরেক্তর ওই, ফিল্মসু পুথোকই। কারবার তৌই. সপ্লাইয়ারসু ওই, ঠিকাসু তৌই, দোকানসু ফম্মী। ইশু শুই মহাক্না শোক্তবা শিনফম লৈতে। ঐনা পনজনীংবা ন্নারী মচা অমথক্তং পনজরগা তোকচন্নগে। অতৈ ন্নারী কয়া লৈরবসু তানীংবা মী লৈরম্বা য়াই, তানীংদবা মীসু য়াওরম্বা য়াই। লীগদৌরিবা ন্নারীশিদি তানীংদ্রবসু ঐনা ময়ামদা তমজনীংমনখ্রতুনা তৌবনি।

নোংমা ঐগী মরূপ নম্বর রাননা লাক্নুনা হায়রে—মাগী ফিল্ম

অমগী বেকগ্রাউন্দ মিউজিক খরা ঐগী স্টুডিওদা নম্বা তারে হায়তুনা। ঐনা বেরা লৈতে নঙগীবু ঐগীদ নমদ্রবদি কনাগীদা নমলুগনি? নঙ নশামক্কী স্টুদিওগুম্বনি কৈনো? ঐগী রাহু তাবদৈ মা হরাওনা কলাকার ময়াম উনরগা মুমিং অমা লেপ্লগা ওজাদা খঙহল্লক্কে হায়রম্মগা হনখ্রে।

মাগী বোকগ্রাউন্দ মিউজিক রেকোর্ড তৌবা মুমিংনি। অয়ুক পুং ৭ তাবৈ অহুরাইদৈ হৌনা মী লাকপা তিনবা হৌরে। মাদি পুংখাইমুক গোনথনা তহা তহা লাকই। করিগী থেঙনা লাক্লিনো? কলাকার ময়ামদি ঙসাইনা য়ৌনরক্লে। ঐগী রাহু তাবদৈ হৌনবা তৌরসি হায়রগা থুনা স্টুডিও মমুংদা চঙখ্রে। অরাক অরাকপা কলাকারশিংহু কৌশিন্দুনা রেকোর্ড লৌবা হৌখ্রে। লৌবা লোইরবা মথৈ থাদোকখি। নত্রবদি চল্লোইদৌরিনী।

অতৎ অথম লৈতনা লাকলি কলাকারশিং। মীথিৎ শুরে, ঈশৈ নোট শকপা, খোংজোম পর্ব্ব শকপা, পেনা খোংবা শকপা, মোইরাং শাই খুল্লক ঈশৈ শকপা, মতমগী ঈশৈ শকপা। যন্ত্র পায়বদা. খোংবদা. থীনবা য়ৈবদা, লেনবদা। ধোলক, তবলা, মৈতৈ পুং, খোল, মোইবুং খোংবা শুরে মাইবা মাইবী থাঙতেক, নাতেক, য়োংতেক শুরে য়াওরে। ড্রামা হোলশিংগী এক্টর এক্ট্রেশসু চিৎথবা নত্তে লাকই য়াওরৈ। মনিপুরদা কলাকার কয়াম লৈবগে হায়বহু মুমিং অহুতদা খঙখি। য়ামনখ্রতুনা ফম্বদি লায়রদনা লেপফমফাও লৈখিদ্রে ঐগী শুমাংহু। অরাকপা ময়ামহু লোইনা শুনা লৌখি মতেক মতেক।

ফিল্মগী ডাইরেক্তর অদুনা হায়—ওজা চা মুংগী শীনবা লাঙবসি ওজানা তৌবিবা তারে। লোইরগা পুন্না পৈশাদু পীজগে। পৈশা পীবা পীদবা মানা হায়বদু ঐনা য়াই। ময়ামদুগী চা থক্লবদু ঐনা থৌরাঙ তৌই। শঙ্গোম য়াওদবা চাঙাঙ ঙাক্তনি ঐনা কলাকার-শিংদা পিথকখিদু। কলাকারশিংদু ঐগা থঙনবা ঙাক্তনি অনকপদৈস্নু য়াউই অরাপ্পদৈস্নু য়াওই করম্না মহোয়বু চা গ্লাস অমা পিথক্তনা হলহনখিনি।

রেকোর্ড লৌবা লোইশিল্লকদৌরে। পুং ৪/৫ তারকপগী অদুরাইদা সপ্লাইগী বীল অমা ঙসি পাস তৌগনি শোয়দনা পৈশা ফংগনি মদুনা কলাকারশিংগী পৈশা পীনদৌরিনী হায়দুনা লৌরুনি চংখি ডাইরেক্তর অদু। রেকোর্ড লৌবা লোইনরদুনা ময়াম মপান থোক্লরকলে। মাবু ঙাইনরি ময়ামদু। অয়াও অয়াওবা চুরুট, বিড়ীন-চিংবা পুথোক্তুনা থক্লরি। খরা থেঙজিল্লক্লবদুদা ঐনা ময়ামদা হায় "মাগীসি লাক্কদবা মানশিল্লক্রে। করিগুম্বা লাকপা থোক্লস্নু খর থেঙলক্লগদ্রা খল্লিনে।"

ড্রামাগী এক্টর অমনা অওইবনি মা লাক্কদবা মান্দ্রে। লাক্লরোইদা। ঐখোয়বু হলহৌবনা ফরগদ্রা খল্লিনে। অমনা খুমলকই মদুনা ফজগদবা মাল্লে। চোপ্পা নংদ্রিবৈদা হলহৌরসি হায়দুনা ঙম্না হন্নখ্রে।

কলাকারশিং অদুনা হন্নখিবা মতুং পুংখায়মুক লৈরগা মানা ফোন তৌরকই। হংলকই "ওজা ময়ামদু লৈরিব্রা?"

"মাদি হল্লকদবা মান্দ্রে। মাবু ঙাইবৈ মদুংতা হনখিবনা

ফজরগনি হায়বদৈ মহোয়সু মহুনা চুম্মী হায়দুনা ঙম্না হন্নখ্রে। হৌজিক কনামতা লৈত্রে।"

' লোইনা চৎখ্রেকো। ঐ দষা অমা কোক্লেদনা। তিন্নগদবসি ওজাদনিহৈ"

ঐনা হায়খি ঐগী শেস্তাং শরুক্তি চাগা স্ট্‌ডিওগী চার্জগনা ওইরোকো হায়না। ঙসি থবক মখৈ লেমনা লোইনা পাঙথোক্লে হায়না মহাক য়াম হরাওখি। শম্না হায়রবদা ঐগী মরূপ অসিনা হীরম কয়াদা ঐগী ইতেঙ পাংখিখি। শেলগী মতেং নত্তে থবক্তা বুদ্ধিদা লৌশিংদা পাংবিখিবনি। ইচিন ইপুরাগুম লোয়নবনি।

নোংমদি মহাক হরাওনা নোক্লহুনা চঙুকই অতুগা হায়রৈ—ওজা, শিংলরোইদবা লুপা ২০০ দা পুগে। ঐহাক পৈশাহু পীখি।

## (১৭)

## নিঙোল্লাকপা সুকোকপা

—হায়, নিঙোল্লাকপা! উখিদবা কুইরেদা নরু কোকোক কোক-থোকলিহুনা কৈগীনো? অহল লমন লৈতবা য়াওব্রনে?

—ইচেনা হংলিবা রাহংহুম হায়না মী পুম্নমক হংঙে হায়রানি। কনাসু শিখিবা য়াওদেয়ে।

—অতুদি কৈগী নরু কোকথোকলিবা? নঙনা লাকলিসিবু চুম্না চৎথোক্লকপরা নত্রগা করি অরুবা লৈবগে?

—ইচেনা পেন্সন ফংখিবদৈ ঙসিফাও উনদ্রি হায়বা। পল্লার পায়রিঙৈ মতমদদি ফম হাপ্পীয়ু হায়দুনা ঐফাও য়াওনা রানোম্বা তত্তুনা

লাকত্রাও ? হৌজিক পেন্সন ফংলকান্দদি কনাস্তু লাক্লরিরোইনে। তৌবিমল খঙদবা তারনি হায়তুনা ইচেদো কমদৌরি অমুক্তদি হংলুগে হায় লাকপনে।

—ইবুংঙো নঙ মঙাইরেহে ঐবু নীংশিংবিরিসি। অদো নঙ নরু কোকলিসিদি করিগীনো ?

—ঐনা লু কোকলিসিগী মরমস্তু ইচেদা তমগে লাকপনে। অতৈদদি ঐ তমথোক্কে। মী অতৈদি য়াম হায়দোকল্লে অতুনা তমস্তু তমথোকনীংদে। ইচেদি নপুক য়াম চেৎলিদা নত্তে ঙসিফাও ইচেদৈ রা অমতা তাদে হায়বা। অতুনা ঐ লু কোকলিসিগী রাবীদো ইচেদা লীনীংবা।

—অতুদি লীরো তারসি হায়বা।

—তমগদবা ইবু ইকাইনে। ঐগী মুপী অতোনবী রাঙ্গোইরোম-দৈদো ইচেস্তু খঙবা নত্রাও ? মাই মচে মৌ হল্লকপী অমা লৈয়ে। ঐ থাংজ খুদিংগী হায়থৈ অতুগা নিংথৌকাবা খুদিংগী অফিস নংনবা হায়গৎলকই হায়বা। অতোনবীগী মচেদো অতুস্তু য়াওনা কোয়শিল্লুবদৈ লু কোকথোক্লগা থাবিরকলিসিনিদনা। নোংমা মচেতুগা ঐগা মাগী কা অতুদা রারী শানরিঙৈদা মপা ইকুবোক অদো লীচৈ অমা পায়তুনা চঙলক্লে অতুগা ঐবু ফম্লম্বদৈ লাক চীংখৎলে অতুগা ঙক লাক লাক্তুনা মপান্দা শুমাঙ য়ৌনা ইনথোক্লে অতুগা লীচৈনা কারল লাক্লক্লে। থীনা ফুগ্রপোৎনি নাবনা অয়ো অয়ো হায়তুনা খাঙবনি। অতুদৈ লৈকায়গী মুপা ময়াম চঙক্তুনা লু কোকথোক্লগা থুঙ্গোইনরগা থাদোকপীবক্লে।

অদুগা মহোয়না "খুল অসিদা নঙ অমুক হল্লকপা য়ারোই। হল্লকমুকো। হল্লক্রদি নথরাই মাঙজনি" হায়হৌয়ে। থা মথাইমুক ঐ ছুটি লৌদুনা লৈরুবনে। ফুরকপৈ নাবনে লু কোক্লকপৈ ইকায়বনে মপাল থোকলুব্রবনে।

—অদুক য়াম্না থীনা ইকায়বা ফংলফাও নিঙোল্লাকপৈ ফম পায়খিগে হায়ব্রাও? থাদোক্লো থাদোক্লো ফমদু, অহলসু ওইশিল্লক্লেদনা। নচা মুপা পাখং ফারে নচামুপী মখৈসু লৈশাবী ফাজিলক্লরিনি।

## ( ১৮ )

## লুহোংবৈ বার্ত্তোন

—অচ্ছা! লেঙথোক্তনা ঙসি লেঙঙকইসিবু করি থবক্তীনো হা অচ্ছা? লেঙশিল্লকউ খুদা সিদা।

—বার্ত্তোন তৌবা লাক্লিনে। মথোঙ চাবা থবক নত্তেদা।

—কনাই বার্ত্তোননোনে?

—কনাই ওইনি। ঐ ইশাগী। ইশাগী ওইদুনবু ঐ ইশা লাকচরিসিনি।

—শোরাংকিরাও? ফিরোইগীরাও? অঙাংশিংবু তৌহনবা য়াদ্রাও?

—ঐ ইশাগী লুহোংবৈনে। অঙাংশিংবু তৌহনবদি য়াই হায়বু মহোয়দা নেকলুবা ইকায়বা।

হায়রগা বার্ত্তোনগী চেদু পী ঐঙোন্দা। পাদুনা য়েংঙবদা মুপীগী মমিংদি য়াওরমদে। ঙক্কুনা হংঙি।

—অচ্ছা, মুপীগী মমিংদি য়াওদেনা। করিপীনো?

—হেরা, ঐনা থওইনা হাপচদ্রিনি। ঐখোয়গী শক্তা পুদাসিদবু

লৈশাবী কনানা পাম্বীগদগে। অনী শুরেদনা চেনথ্রিবা লুহোংগনি হায়ত্থুনা বার্ত্তোন নম্মুরগা। অত্থুদা চিংনজত্থুনা হাপচদবনি। অজ্ঞাগীসি খুকউ শেল্লিবনিনে বার্ত্তোন তৌবদৈ হৌনা।

—মানি মানি। করিগুম্বা মুপী অত্থুনা মুপা অতোপ্পা অমদা কোক হেক চেম্থোকথ্রস্নু লৈশাবী অফংবা অমগী মিং হাপচিনবা য়ারেদনা। হন্দকী বার্ত্তোন খুৎনম অসিদি চে মাঙলরোই। হান্নে অনীরক্তুদা কৈনোনে বার্ত্তোন চে য়াম অরেম্বদা মাঙথ্র-পোৎনি।

সিস্টর ঐ বিএদা ইকোনোমিক্স লৌজরকএ অত্থুননি। অত্থুগা অরোইবা ওইনা সিস্টরদা রা অমতা হংজনীংবা রারৌবিবা য়াদেকে।। নিঙোল চাক্কৌবসে সিস্টরদি য়ুমদা স্নুম চাবিখিদৌরিনে?

—অজ্ঞা কমদৌনি শিবাফাও চাখিবা তারেদনা।

( ১৯ )

## লমশি শিদৌবা মহাচন্দালদো

—হো পিশকমচা, পিশকমচা লৈত্রাও?

—লৈয়ে কনানো? চঙঙকও ঐগী কাদা। ঐ কৈনোমা শিল্লিয়ে। করি তৌরে নঙনা তফিং তফিং ফী ফী কামত্থুনা লাক্লিবো? কৈদৌরগে হায়মি।

—ইবেম্মা শাউনীংঙি। শাউনীংবনা লুতোন কারবনি রা ঙাঙফাও থোক্ত্রে। নঙ উনরগা তমথোক্লগা খরা ফগত্রা হায়ত্থুনা লাকলিনি। নঙ কৈদৌরিগে?

—ঐ অথুবা ন্নারী অমা শিল্লিয়ে। ওজাগীনি হয়েং পুগদবা। নংঙরোই হায়হ্না অফিস ছুটি লৌরগা শিল্লিনে।

—সে সি য়েংঙ্ সে। মসি উবদৈ ঐ শাউনীংবনা থক থক নীক্ল-জাংনি। ঐনা অফিস হেক য়োবগা চৌকিদারনা পীরকইবা। পাথং অমগা লৈশাবী অমগা স্কুটর তোং লাকঅগা পীরম্বনি হায়য়ে। মখোয় অনীহ্ শোয়দনা ওইরমনি। লুহোংগদৌরনি ঐগী ইমাঙদা লেম্নরুগে হায় লাকপনে। লাকচনা তৌখ্রেদা সত্য।

—মুপৌসিবু কনানো ?

—হেরা, মহোয় লৈকাইদনিনে। ঐখোয়গা বিএ তম্মীম্নরকপনে। কৈস্মু খঙদবা হোৌদোং তুরেন কুমদবী।

—মাবু নখোয় অনী মুংশিনৈ হায়সি খঙদজাংলাও ?

—কৈ খঙদনি। মুম্না খঙথ্রপোংনি। মুপা অহুনা একাগাড়ী অতেকপা অমা তোংলিঙৈ বিএ পাস তৌখ্রিঙৈ অহুদদি পাম্নম-দবা। হৌজিক্তি বিএ পাস তৌরে বিএ ওইরে। চাউরস্মু পীক্লস্মু অফিসকী থবক মচা অমা তৌজরে। গাড়ী মচা স্কুটর অমস্মু তোংলে। অহুদা পামলক্নুনা তৌরিবা। মুপাহ্নবু শোনতপ্নরহ্না মমায় ওম্থোক্না কনখ্রেনে। মানা শিথশম্নহ্না গাড়ীহ্ লৈবা কান্দা ঐঙোন্দে লুপা লীশীং অহুম লৌখ্রিনি। মাই মরাইবক্না ফরিস্মু তানজা অহুদা মরূপ ঐঙোন্দা হেক ফাওরকই। মানা কলেজগী ভোট লেপ্লিদনা কাখি হায়বা অহুস্মু ঐনা খোম্বীবনে। মাদি ন্না ভাঙবকা ঙমপোৎ নত্তেনে, খঙস্মু

কৈমতা খঙদে, হৈস্নু হৈতে। ঐনা লোইনা তৌবীবনে। মাই ভোট খোম্বা চৎপদা মাইকাসে কুরোল হুপ্রপোৎনি কৈনো। মতমহুদা মমাগা মতৈমা অহুগনা ইবেম্মা ইবেম্মা হায়হুনা, নঙ নত্রদি হায় ওম্মোক্লা লুনা তৌপ্রবনি। অহুগা হৌজিকনা অউনপোৎ পামহুনা ইমাগা ইতৈমগনা হায়বা ইন্নি হায়হুনা ফুপীসিগা লুহোংদৌরিনে। মানা ঐবু চহী ৬ পুরা মীনমলম্ব-নিনে। খল্লু খল্লুরগা চাকপ্রেদা থৌদোকশিংদো নীংশিংলুরগা ওম্মোক্লা নীংঙমখিদ্রেদা। মহাচন্দাল নমথাক মপীদো।

ঐনা অফিসতা বার্ত্তোনসি হেক ফংবগা নঙবু কোয়থী থিবনে। অহুদা ময়াম্না নঙ ছুটি লৌপ্রে হায়রকএ। অদৈ ঐস্নু ঙসি ছুটি লৌথোক্লগা লাক্লিসিনী নঙগা রারী শারুগে হায়হুনা। নঙগী থবক মতাসিনা ঙসিদি রারী শাবা শংগনি হায়বা থাজদ্রে। ঐ চৎলগে।

—ফরে ফরে চৎলোকো। ঐ থিম্মোক্লরোই।

( মখোয় অনীনা রারী শাবদো ঐনা লৈরিবা কাগা থংনবা কাদনি। মহুদা তাহৌবনি। )

( ২০ )

## ঙা মতুম মচাদো কৎহৌরবা নত্রাও?

—বন্ধু! ঐ রারী অমা লীগে হায়বা।

—লীরোনে। তাগে।

—হুইরেম তাতোমালসে চাবদা য়াম চোপ্পীবো। নহালদো

ঐখোয়গী মুপীমচা চিত্রাগী মঙানি চাককৌবা থোকই হায়বা। মতুদা মাগা ঐগা থংননা হেক ফম্মীন্নতুনা চায়ে। দোনা অচৌবা অনী শুদতুনা অমথক্তা ঐখোয় অনীগী ঙাথোংবত্ পুল্লপনা বামোন পুজারী অতুনা হাপ্লম্মে। ঙাথোংবদি ঙা মতুম অচৌবা তাউরগা থোংবীতুনিনে মহীকাপ্প দোনা থন্না হাপলম্মে। মানা কমদৌগে হায়বু মতুম অনীতুদৈ খরা চাউবা অমা খল্লগা লৌতুনা চাখিবৈ রানীসে। ঙা মতুমতা নন্তুনা অয়াওবা মহীমখৈম্নু মানা লোইনা তোং চাথোকখিবা। ঐনা হান্না লৌবা তারদি অপীকপা খন লৌনি হায়বা। ওন্থোক্লা চাবদা চোপচপ্রবা হায়নিমা।

—বন্ধু! বন্ধুনা হান্না লৌরবদি অপীকপা মতুম খন লৌনি সিনিনে। বন্ধুনা পামলিসি মতুম মচানিনে নত্রাও? মানা অচৌবা লৌপ্রবনিনা বন্ধুনা অপাম্বা অপীকপা মতুমত্ ফংলেদনা মান্নদ্রাও অক্মানি হায়বা কৈম্নু কায়দেনা।

(রেকোর্ড লৌবা লাকপা মীশিংদৈ তাজহৌবনি)

( ২১ )

## লৈশাবী হন্নুবীগী ফমচাক খাঙবা

থৌবালদনি। খুল মমিংমক্তি পনজররোই। জগোয় রাস অমা শান্নদৌরি ভাবোক্লা থন্না তিল্লে ঙরং ঙরং।

ইম্ফালদৈ বাঁশী খোংবা লাক্লিতুনা তৌরমলিবা অত্ উবদা ঙক্লতুনা মনাক্তা লৈরম্বা মুপামচা অমদা হংডি "ইবুংঙো নহোয়

নহোয় খুল অসিবু হন্নুবীসু মশম কোয়না কব্রুগা লৈশাদ্রদি জগোয় মকোক চিংনদবরা ? জগোয় য়াওবা য়াদ্রা ? চৎনদবরা ?"

নুপামচাতুনা "মকোক চিংলিবী নুপীসে লৈশাবী অশেংবনে। সত্য লৈশাবীনে অওইমক্কী। হন্নুবী মৌনা মশম ককথৎপা নত্তেয়ে।" খুম্মী।

খর তুং ওইরপ্লা লেপলিবা পাখং অতুনা মখা তাথরকই— "মকোক চিংলিবী লৈশাবী অসে অসিদৈ হেন্না মনায় খুইরবা লৈশাবী অমসু তুরেল ৱাংমা অসোমদা লৈ। হৌজিক জগোয় মকোক চিংলিবী অসিনা চহী ৪৬ শুরে। তুরেল ৱাংমৈ লৈশাবী অতুনা চহী ৪৮ শুরে মখোয় অনীনা চহী ৫০/৫০ শুরকান্দা খুলসি ফমচাক খাঙগদৌরিনি। ফমচাক খাঙবদু চাদৌই খুলসিগী নহা-ৱোল মখৈদি মহোয় অনীগী চহী পাতুনতা লৈরবনি।"

বাঁশী খোংবনা ভাব তারক্লতুনা—"ওহ ! আই সি।"

( রেকোর্ড লৌবা লাকপা মীনা ঐঙোন্দা লীরম্বনি। )

## ( ২২ )

## ফুটানি ঈরাক্লবা

নুপী অঙাংদা নোংশাগুম্বা থৌনা ফবা নুপা অমনা মাগী নুপীদা হায় ... ঙসি ঐ একাগাড়ী তোংতুনা চৎকে সিনেমা য়েংঙগে হায়রতুনা খোঙউপ কাপ লংনা থাবা অমা তোং, খুদাং ঘরী শি, শামতুগী ফজবা ফুরিৎ লিং শামতুগী ইনফি অমা ফজনা থুপ লেংবান্দা য়ান থোরকই। লেম্না কুমথরকই য়ুমগী দারীবান্দে। শুমাঙদা খিল্লিবা ঙসাই অয়ুক্কগী হৌনা তরুবা একাগাড়ী অদু তাপ

পায়হনা ইস্তোকখি। শুমাঙ মতোন্দে গাড়ী তোংখৎখি। হেক তোংখৎখিবগা জবোং হায়বা হৌথ্রবা মখোল অমা পুথ্রীরোমদা তাখি। মুপাহ পুথ্রীদা একাগাড়ীনে করিনে তাহুনা লুফেং লুফেং তাউহনা পুথ্রী ময়ায় য়ৌথ্রে।

মুপাহ একাগাড়ী তোংবা হৈতবা মীওইনি। ময়াম্না থৌনবা উবদা লাঙ্গবোই নীং তোংলুবনি।

## ( ২৩ )

## উচেক মানবা লাই

পাখংমচা অমনা থংনবা য়ুমহদা লোইবা য়েনবী অচৌবা অম হূরাল্লগা থোংহনা চাগে খন হূরাল্লে। মখোয়গী মনীংদা লৈবা রাপল মরুমদা য়েন্দু হিংনা মতু অহ কোগোক কোক্সা ফোইদোক্লে। পুমঙৌ ঙৌরে য়েনহ মওং অমা ওইরে। মতু ফোইবা লোইরা কান্দা পাখং অহনা য়েনহুই মশাদা করম্বা মফমদা মতু হৌরিবগে য়েংডি ওন ওন্দুনা। মহদা য়েন অহ পাখংহগী মথুৎতগী নাম্বোক্নুনা চোনখ্রে। য়েনহনা হান্না লৈরম্বা য়ুমহগী ইংখোলদা চোনশিনখ্রে। য়েন মপু অশেংবহনা মখোঙ অনী পানবা ঙৌশ্রোক ঙৌবা য়েনহনা চোনশিল্লকপদা লাই মখোঙ ২ পানবা উচেক [illegible] অমা চ্যেল্লকলে হায় কিহনা থোঙ লোন খাঙখি।

